কচ্চবা—

মীচং মীখায় নাইদনা
তাইবংপান পুম্নমকপু নুংশিনা
অশেংবা জ্ঞান শন্দোক্তুনা
জগৎ পুম্নমকপু শান্তি পীবিবা
সদগুরুশিংগী চরন্দা
"ব্রহ্মাচর্য্য" কচ্চরি ।।

ঁতেলেম যোগেন্দ্রজিৎ সিংহ।

# ৱাহৌদোক

সমাজগী য়ুম্বী ওইরগদবা নহারোলশিংবু মরম ওকহঞ্জনীংবদগী অমসুং পুক্লীং, হকচাং, ৱাখল অহুম্মক চাওখৎহন্নীংজবদগী লাইরিক মচা অসি লেংজবনি। ইনখৎলকপা অমসুং ঈ থেগৎলকপ নহারোলশিংগী পুক্লীং, হকচাং অনিমক মহৌশানা ঈরাং পান্নকই। মতাং অসিদা ব্রহ্মচর্য্য ঙাকপগী কান্নবা অমসুং লমহেনবগী তুংদা খুদোং থীগদবা হীরম কয়ামুক নৈনহৌদুনা নীংথিজনা পুকমেন পাউমেনবা ঙমহৌরবদি মবুকচেল ফাবদা মতেং খরদি ওইবা য়াই হায়না খঞ্জে। লাইরিক মচা অসি লেংজবদা মমাংঙৈগী অমসুং হুজিক্কী মহাপুরুষশিংগী পাউতাক মখৈদগী লেখক্লা লৌশিঞ্জবা ঙস্বা শরূক খরদং পুথোকচবতনি। হেঞ্জিনবা অমসুং অৱাৎপা মরম কয়া য়াওরম্বসু য়াই। মরম অসিনা জ্ঞান তারবা অহল লমন অমসুং হৈ-শিংলবা ওঝাশিংনা ইজরিবা অসিগী মথক্তা মপুং ফাহনবিদুনা নহারোলশিংদা তাকপি তস্বিপ্রদি ইজমন্‌গী কান্নজরে হায়না লৌজগনি। ইতি—

ইম্ফাল

—লাইরিক লেংবা—

# প্রসংশা পত্র

শ্রীযুক্ত তেলেম যোগেন্দ্রজিৎ সিংহগী "ব্রহ্মচর্য্য" কৌবা লাইরিক অসি পাবদা য়াম্না নুংঙাইখ্রে। নহা ওইবা মীপুম খুদিংমক্না মাগী পাউতাক অসি ইন্দুনা চৎলবদি জাতিগীদা নত্তনা জগৎকী কান্নবা থবক তৌবা ঙমগনি অমসুং মখোয় মশা মশাসু নুংঙাইবা মপুং ফানা ফংদুনা পুন্সি মহৈ য়ালহনবা ঙমগনি হায়না নীংই।

লাইরিক অসিদা ব্রহ্মচর্য্য করিনো, মদু চৎপা তারবদি মনুং-মপান অনিমক্কী চৎকদবা নিয়ম করি করিনো অদুগা অকায়বা থবক্না করিনো অমসুং করম্না নাম্থোক্কদগে হায়বা মরম পুন্নমক শন্দোক্না, লায়না লুবা লোন্দাদা ফোংদোক্নি। লাইরিকসি য়ুমথোং খুদিংগী অমমম থম্ফম থোকপা লাইরিক্নি হায়নীংই, মরমদি মসিদা হায়রিবা পাউতাক পাওমেল পুম্বা নহা-অহল, নুপী-নুপা লোইনমক্কী কান্ননীংঙাই ঙাক্তনি।

লাইরিক অসিগুম্বা অমা পুথোক্লকপগীদমক মৈতৈ লৈমনা মচা ওইরিবা লেখক অসিবু পুক্নীং-তুজুং হরাওনা আশীর্ব্বাদ তৌবিগনি হায়না নীংই।

আর, কে, শীতলজিৎ সিংহ।

# হিরম লমাই

# ব্রহ্মচর্য্য

## মথোৎ কারকপা

### শারিডৌদা য়েহৌশি
### পেৎলিডৌদা শাহৌশি

মীওইবা পুন্সিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না লুবা তাঞ্জাদি মথোৎ কাখৎলকপা পাখংগী মতম অসিনি। হকচাংগী পাঙ্গল, পুক্নিংগী থৌনা অমসুং ব্রাখল লৌশিং পুম্নমক মপাঙ্গল হেনগৎলকপা মতমনি। তাঞ্জা অসিদা শেমগৎ শাগৎখিবা শাজৎ লমচৎ পুম্নমক য়োৎনা মৈদা ইক্নুনা শারিডৌদা থাংজমনা নুংথংনা য়েদুনা ওইহন্নীংবা মওং শেম্বগুম অমদি চফু শাবনা অপেৎপা লৈখোমনা শানীংবা মওং শাবগুম, পাখং ওইরিডৌদা তুংগী ওইনীংবা ফিবম পুম্নমক শেমগদৌরিবনি। মরম অসিনা মথোৎ কাখৎলকপা মতম অসিনা মীওইবগী পুন্সিদা খ্বাইদগী হেন্না লুরবা মতাংনি। মতাং অসিদা য়াম্না হৈশিংনা, চোকশিন্না হোৎনহৌরগা মীওইনা পোকপগী মহে য়ানগদৌরিবনি। হৈহৌদ্রগা মখোঙ মরি পানবা শাদগীসু হেন্না তোনগদৌরিবনি। মরমদি মীওইবগী মপোক, পুন্সিগী মকোক, পাখংগী মতম হায়বসি পুন্সি অসিদা হন্দক লাক্লিবা অসিনা লোইরে। মথোৎ কারকপা মতম অসি য়োকপা হৈহৌদদুনা কল্লবা মতমগী ঈচেন্দা তাউখ্রবদি অমুক হল্লকউ য়াররোইদবনি। মতাং অসি পুন্সিগী খ্বাইদগী হেন্না লুরবা তাংফম অমসুং লাংফম অমনি। অপাম-নুংশি ব্রাখল হিংচাবীনা পুক্লীং ঈরাং

কল্লকহন্‌বা অমসুং মপান তাইবংগী মায়ানা ফাখিদৌরে মতাগুম মাঙহনগে লাক্লবা মতমনি। ইন্দ্রিয় খুদিংমক ময়াই কন্না কারকপা মরম্না পুক্লীং পোখাফম খণ্ডদবা মতাংনি। অহাউবতা চানীংবা, নুংঙাইবতা তানীংবা, ফজবতা য়েংনীংবা, অফবতা শেৎনীংবা অমসুং মরম খুদীংমক্তা মীথোই মীহেন্নীংবা অঙকপা মতমগী ঈ খেগৎলকপা পুন্সিগী শরূক্লি। অসিগুম্বা মতম অসিদি নোং- নুংশিৎ মরক্তা হোনবা হীগুম্বনি। মায়া তাইবং ঈপাক্তা পুন্সিগী ঈচেন্দা হকচাংনা হি ওইরগা পুক্লীংনা নৌ ওইদুনা থৱায়না হিমায় চুমদুনা খুদোং থীরবা হিদেন কয়া লাম্থোক্নদৌরিবনি। ইংরেজী কবি লোংফেলোনা পাখংগী মতম পাম্মুমনবদগী অসুম্না হায়রম্মী—"Youth comes once in a life time, So let us enjoy for ever". মথোৎ কারকপা মতম অসিদি পুন্সিগী মনুংদা অমুক্তংদা লাকপনি। মরম অদুনা পুন্সিচুপ্পা পাখং ওইদুনা নুংঙাইসি।" ইশাদা ফাওরক্লিবা তাঙলবা শক্তি অসিবু অরেম্বদা মফম মরাং খণ্ডদনা শীজিন্নথোকপ্রবদি তুংদা অমুক শিঙ্গৎনবা অতৈ পাম্বে অমতা লৈতে। তাইবংপান অসিগী মনুংদা মহৈ-মশিং হৈদুনা অমসুং মঙাল মশা চাউনা ফাওখ্রিবা মী পুম্নমক্কী পুন্সিদা য়াম্না হৈশিংনা চোকশিনহৌবা ঙাক্তেনি। ইশানা ইশাগী ফিভম শেমজগদবা মতমনি। অঙাং ওইরিবঁদা শান্নদুনা লেনখিবা থোইনা অমাঙ অতা লৈতে। অদুগা মতাং অসিদদি তুংগী চহি অমগা মীৎকুপ অমগা চাংদম্নবা য়াবা মতমনি। পুন্সিগী মরু ওইবা ফম্বী (বীর্য্য) গী মপুং ফারকপা মতম ওইবনা হকচাংগী লৈজবমখৈ নীংথিজনা শকওং উৎলকপা মতমনি। ৱাখল লৌশিংসু য়াম্না মচীন থৌরকই। খণ্ডনীংবা, উনীংবা, ফংনীংবনচিংবা পুক্লীংগী ঈথক ঈহূল কল্লিবঁ মতাং অসিদা বীর্য্যগী মতীক ময়াই মশক খণ্ডনা চোকশন্না লৈহৌরবদি অয়ুক্তা নুমিৎ, অহিংদা থা থোক্তুনা মরাইবক্তা পুন্সি থাউমৈবু ঙালহল্লম্বা ঙমগদৌরিবনি। চোকশিল্লু।

ঐখোয় অসি অহানবদা ইপাগী মশাদা, বীর্য্যগী সমুদ্রদা তাউদুনা লৈরম্লিবনি। মতমগী মতুংইন্না ইমাগী গর্ভদা চঙলকপা মতমদা ইমাগী ঈগী মচি ওইবা শরূক রজগা মশা অমত্তা ওইখিবা নুমিৎ অদু পুন্সিগী মরূ শুনবা নুমিৎনি। অসিদগী হৌনা থা তরা চুপ্পা ইমাগী গর্ভদা লৈদুনা হকচাং কায়াৎ পুম্নমক থব্রায়না ইঞ্জিনিয়ার ওইদুনা মীৎকুপ অমত্তা পোত্থাদনা মপুং ফানা শাবা লোইরগা মপান তাইবং অসিদা থোরক্লিবনি। পোক্লগা লোইবা নত্তে, ইমাগী হকচাংদগী লৌশিনবা খোমলাং অমৃত ইমাগী ঈদগী শুংদুনা ওল্লক্লিবনি। মদু চুপ্তুনা চহি কুমজা কয়া অমুক হিংলক্লিবনি। মীতৈলোন্দা মচা হায়বা ব্রাহে অমা শীজিন্নরিবসি, ম=মমা, চা=চারকপা হায়বা অসিদগী ওল্লকপনি। হকচাংগী ফিভম, শকওংদা নত্তে, পারৌ মারৌ হায়দুনা ইমা-ইপাগী পুকচেল খোইজেল অমসু শাজৎ-লমচৎ পুম্নমক লৌরক্তুনা পুন্সি পালেম হৌরক্লিবনি।

মরম অসিনা পুন্সিগী মরূগী মশক ওইরিবা ফন্বী হায়বসি ইরাই লায়বা পোত্তি নত্তে। উ পুম্নমক্কুগী চাউবদা শীংথানরিবা খোংনাং পাম্বীনা মতম অমদা থোইদিং মরূদগী হেন্না পীকখ্রবা খোংনাং মরূদা শক্তি পুম্নমক তাশিন্দুনা লৈরম্বগুম ঐখোয়গী পুন্সিগী শক্তি পুম্নমক বীর্য্যদা থুপচন্দুনা লৈরিবনি। অঙকপা তাইবং মায়াগী খূজীন্নি। খ্বাইদগী তাঙখ্রবা লুখ্রবা পোৎশক শীজিন্নবা য়াম্না লুই। বীর্য্য অসি করিনো অমসুং কমদৌনা হকচাংদা লৈরিবনো? মহাক লৈবনা ঐখোয়গী করি কান্নরি? মহাকপু মাঙহল্লগা ঐখোয়গী করি মাঙই? হায়বসি পাখং খুদিংমক্লা য়াম্না মুন্না নৈনফম থোকই। অহানবদা বীর্য্য অসি করিনো হায়বগী মরমদা থায়না মমাঙঙৈগী মুণি-ঋষিশিং অমসুং হৌজিক্কী বৈজ্ঞানিকশিংগী মত থিজিনসি।

# বীর্য্য করিনো?

আয়ুবের্বদ কৌবা শাস্ত্রদা য়াওরি—চাপ্লিবা পোৎ খুদীংমক পুক্তা তুম্নবগী তুংদা ফত্তবা মচাক মখৈনা থী, য়ুং ওইনা মপান্দা পুথোক্তুনা খাইদোকপ্লগা লেমহৌবা মরু ওইবা শরূক অদুবু রস কৌই। অদুগুম্বা রস অদুদগী মচি ওইবা মখৈ খনগৎলগা ঈ শেমই। ঈদগী অমুক মচি ওইবা শরূক শেমগৎলক্লগা শাদোং শেমই। শাদোংদগী মচি ওইবা মচাক মখৈ চুপশল্লগা মহাও শেমই। মহাও অদুগী মরু ওইবা মচাক মখৈ অমুক খনগৎলগা শরূ শেমই। শরূদগী অমুক মচী ওইবা শরূকনা তোং শেম্মী। তোংদগী মচি ওইবা শরূকনা অমুক বীর্য্যগী শরূক শেমগৎলি। লিশিংলক ফুদোক্লবা সনানা কোহ্লিং কাদবগুম পুক্তা লৈরিবা চাবা তুম্নবা মৈ অসিনা রসবু হন্না হন্না চাকথোক্তুনা বীর্য্য ওল্লকপা মতম অসিদা অমোৎপা অমত্তা য়াওদ্রে। ভারতকী মুণি-ঋষিশিংনা মতৌ অসুম্না ইরম্মী। অদুগা ইউরোপ, অমেরিকাগী পণ্ডিতশিংগসু চিনখুম য়াম্না মান্নরি। ইংরেজী ডাক্তর লুইসনা মতৌ অসুম্না অমুক ইরম্মী-"হকচাংগী মরম মুন্না খঙলবা পণ্ডিতশিংনা ঈগী খ্বাইদগী হেন্না মচি ওইরবা শরূকনা ফম্বী শেম্লকই হায়বসি চপ মান্নবা য়াই"। ডাক্তর নিকল্‌স কৌবা অমনা অমুকসু হায়রম্মী "লায়য়েংবগী শাস্ত্র অমসুং হকচাং-কাঙলোন (ফিজিওলোজী) না মতৌ অসুম্না লেপ্পী, মদুদি-হকচাংদা লৈরিবা ঈগী মরু ওইবা শরূক্লা নুপী নুপাগী ফম্বীগী শক্তি হৌরকফমনি। মশা মনুং শেংলবা অমসুং চাং নাইরবা মী অদুগী মশাদা ফম্বী অসিনা থোপ্ শিংলি অমসুং তোংনচিংববু মপাঙ্গল হাপ্পী। পুক্সিগী হিংনবা পাঙ্গলগী মশক ওইরবা তীং অসিনা ঈগী ঈচেলদা য়াওদুনা হকচাং পুম্নমক শীনথুংনা লৈ। ফম্বী অসিনা মতীক চানা লৈরগা মরিল লৈবা, মথৌদা ফবা, মপাঙ্গল কনবা মী অমা ওইরকই। পুক্সিগী ময়োল ওইরিবা বীর্য্য অসিবু অরেম্বদা মাঙহল্লগা মচু মমেন হঙ্গরকপা মপাঙ্গল ইচোক চোকথবা, পুক্লীং

তয়াং তশোয়বা অমসুং মরিন লৈতবা মী অমা ওইরকই, ইন্দ্রিগী মখা পোল্লকই। ইন্দ্রিয় পুম্নমকসু শোল্লমই। তোংগী মথৌ চাং নাইরক্তে, শিংলি শোল্লকই। ব্রাম্বুবা, অঙাওবা অমসুং শিথবনচিংবা লায়না পোক্লকই।

শঙ্গোমদা ঘী শীন থুংনা লৈবগুম হকচাংগী ঈদা ফম্বীগী মচাকনা শীন থুংনা লৈ। হকচাংগী শরূক খুদিংমক্তা শিনবথুংনা লৈরিবা ফম্বীবু শুমদুনা মপান্দা লংথোকপ্লবদি শঙ্গোম মপান লৌথোক্লগা অমদি ছানা তাম্থোক্লবা ছানা মহীগুম ঈগী মতীক ময়াই চমহৌই। উ পাম্বী অমগী মরানা লৈপাক্তগী হার মখৈ চিংখৎলগা মউ, মশা-মরেং, মনা, মপাল, মহৈদা কোইয়েন য়েনবগুম য়েন্দুনা মনাদা ইশং শংনা নীংথিজহনবা, মপান্দা থোৎনা নৌনা ফজহল্লবা মনম্ নুংশিহনবা অমসুং মহৈদা মরেক মহাও হাপ্তুনা মশক ফজহনবগুমদুনা ফম্বী তেঙ্গোৎকী মনুংদা হকচাংগী মচি ওইবা শরূক মখৈ চিংশিল্লগা অমুক হকচাংগী মরু ওইবা শরূক মখৈদা শীনথুংনা য়েল্লি। ফম্বীবু মতম কুইনা য়োক্তুনা হকচাংদা থম্বা ঙল্লবদি অঙক অঙকপা মীনা তৌঙমদবা থবক তৌরকপা ঙম্মী। মাঙহল্লগা মপুন্সি মাঙজৈ। মরম অসিনা মশাদা মাঙহল্লগা করি করি ফিভম ওইরকপা অমসুং য়োক্লগা করি তোংজবা হায়বগী মরমদা পৃথিবীদা ফাওখ্রিবা মহাপূরুষশিংগী ব্রা মথং মথং ইরক্লি।

# বীর্য্য মাঙহল্লগা ওইরকপা ফিভম

বীর্য্যনা হিংনবগী মরু ওইবা পাঙ্গলনি হায়না মথক্তা হায়খ্রে। মসি মাঙহল্লগা করি ফিভম ওইরকপগে হায়বদু অমুক নৈনসি। মীওইবগী পুন্সিদা থোপ মপুং ফাদুনা ব্রাখল খনবা গুল্লকপসি চহী মঙাদনি হায়না ভারতকী পণ্ডিতশিংনা লেপ্লে। মরম অদুনা চহী মঙা শুরকপদা মহৈ মশিং তম্বা হৌনৈ। অদুগা নোংচুপলোমগী পণ্ডিশিংনা চহী অহুমদনি হায়না লেপ্পী। হব্রা-পানীগী মতুংইন্না খেৎনরবসু থোপকী মপাঙ্গল মপুং ফাবদি অসিব্রাইদনি। থোপ মপুং ফাহল্লবগী তুংদা হায়বদি চহী ১৪।১৫ গী তুংদা ফম্বিগী শক্তিং অসি ফাওরকপা হৌই। মথক্তুগী মরম অসিদগী খঙজিনগদবদি-উ পাম্বী অমনা মরু হুল্লকপদগী হৌনা মহৈ য়াল্লক্কুনা হৈজীং ফাবগী মতৌগুমনা পুন্সি পামেলসু বীর্য্যগী শক্তিনা ইকোন কোননা ফাওরকপনা হকচাংগী রস পুম্নমক্তুগী বীর্য্যনা ময়োলনি হায়বসি নীংশিংগদবনি। লফুনা থরো শাৎত্রিমখৈ লফু মশাদা মেঙবা অমসুং রস শীনথুংনা লৈবগুম অদুগা শাৎলক্কুনা লফোই পাল্লকপা মতমদা লফুগী নীংথিজবমখৈ চঙখিবগুম বীর্য্য মপুং ফাদ্রিঙৈ মমাঙদা মীওইবগী হকচাং অসি য়াম্না নৌবা অমসুং মহৌশাগী নীংথিজবা শক্লোন অমা ওইরম্মী। অদুগী তুংদা পাখং ফরক্লবা মতমদা বীর্য্যরোমদা চিংখিদুনা অহানবগী অনৌবা অমসুং অমেংবা শকলোন অদু মাঙখ্রগা হকচাং শারেপ ফাবগী ফিভম অমা লাকই। মদুগী ব্রাদি মখাগী পারাদা শুগাইনা ইরক্কনি। হৌজিক খঙজিনগদবদি পাখং অমসুং লৈশাবীগী মরু ওইবা শক্তিদি বীর্য্য অমসুং রস অনিসিনি। মসি শীজিন্নফম খঙদনা অরেম্বদা মাঙহল্লগা ওইরকপা ফিভম অসি হকচাংগী মরম মুন্না থিজিল্লবা পণ্ডিতশিংনা মতৌ অসুম্না লেপ্পী—ডাক্তর ফ্যালরেটনা ইরম্মী, "ফম্বিবু অরেম্বদা মাঙহনবা ওক্তবা নুপা অদুগী মপুন্সিদা মখাগী দাশা তরেৎ অসি মথং মথং ওইরকই"। মদুদি—

**অহানবদা**—মায়দা উরীং থুংগনবা, হকচাংগী মফম অয়াম্বদা হাক্লচবা, ফুগ্রী থুংগনবা, ঈ থাংলক্তবা মরম্মা হকচাং তাইরকপা, অরূবা লেক কারকপা অমসুং খোঞ্জেল শোক্লকপা অমসুং মিৎ লুরক্তবনচিংবা খুদমশিং অসি অহানবদা দশাগী ফিবমনি।

**অনিশুরকপদা**—মঙদা কছা চৎপা, য়াঙ নাবা, কোক ঙাওগনবা মীৎ কুৎশীল্লকপা, লাইরিক কুইনা পাবা ঙমলক্তবা ঈশিং মরী শোক্লকপা অমসুং হকচাংগী খাউ (testicles) চোম্থরকপনচিংবা খুদম ফাওরকই।

**অহুমশুরকপদা**—হকচাংগী পাঙ্গল শোল্লকই। হকচাং শেমগৎ শাগৎপদা থীল্লকই। তুম্বা য়ারক্তে, উইনীংবা, তনবা হেঞ্জল্লকই। থম্মোয় শোনবা, খজিক্তং হকচাং নোম্ব খোৎপদা শ্বর থবেৎ থবেৎ হোনবা, য়াদগী তিল অমাঙবা, তাগন্‌বা লোক থুংবা অমসুং অরুম অপুম্বা নাগন্‌বা লায়না পক্লকই।

**মরিশুরকপদা**—কোক্তা, হকচাংগী নাক-য়েত্তা, য়াঙলেন্দা, খ্বাঙদা, হকচাংগী তাং তাংদা নারকই। করি করিগুম্বা মতমদা হকচাং শোকপদা শোকই হায়বা খঙদনা পঙথরকই।

**মঙাশুরকপদা**—ঈশিং থোঙ অসি মশক ফৎলক্তে, মপাঙ্গল শোল্লকই। ঈশিং য়াফম, চন্দ্রবাতু, য়াঙ কংশনবা অমসুং হকচাংগী খাউদা মরূম মরূম শৌনা পোম্লকই।

**তরুক্কশুরকপদা**—লমহুন, নুংশং, ঈতোন ফায়বা পুকনাবনচিংবা অরু-অরুবা লায়না নারকই।

**তরেৎশুরকপদা**—ব্রাখল অরুবা খনবা ঙন্নক্তে। থুনা থুনা কাউগল্লি। ব্রাখল লৈরক্তে, শাউগল্লি মকোক চীক্কল্লি। মমিৎ শোক্লকই অমসুং মনা তারক্তে।

হকচাং শেকচল্লকপদগী থাক তরেৎ অসি ওক্তবা নুপা অমগী মশাদা মথং মথং ওইরকই। হকচাংগী মচি ওইবা ফম্বিগা থোপকা মরী য়াম্না লৈনৈ। মরমদি হকচাংগী তীং (জীবনী-শক্তি) দি হকচাং পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈরবসু কোক্তা তুংফম্লি। থোপকা শিংলিগা মরী অমুক য়াম্না লৈনৈ। শিংলিদা হকচাংগী তীংনা (Nerve force) কোয়চেন চেন্দুনা থবক খুদিংমক পাঙথোকহল্লিবনি। মরম অদুনা ফম্বিবু অরেম্বদা মফম মরাং খঙদনা পঙমাঙ মাঙহল্লগা থোপ অমসুং শিংলি শোল্লকই অমসুং শিংলি লেঙনবা পাঙ্গল পীরিবা থম্মোয়বু শোল্লকই। থম্মোয় শোক্লবদি য়াম্না কিগনবা, মঙ্ লাক্লবা অকনবা থবক তৌবা ঙমদবা, মীরক মীচনথি ওইগনবা, অব্রাংবা কাবা কিবা শাওগনবা, য়াম্না ব্রারৌগনবা, নুংশা থীবা থবক অমসুং অকি অখঙ করিমতা উবা তাবা য়ারক্তে। কুইশল্লক্লগা ঙাওদুনা চৎকল্লি। চাবা তুম্লক্তে। অহিং নীংথিনা তুম্বা য়ারক্তে। মবুক্তা নুংশি কাগল্লি অমসুং ঈশিং তোয়না চৎনীংলকই। ঈশিং চৎলুরগসু পাক হেক চৎপা য়ারক্তে। অয়াম্বা মতমদা অমাংবা য়েৈখৎকল্লি। মীৎকী অকোয়বদা অমুবা দাগ অমা লৈরকই। ফল্লম্বদগী ফুক হেক হৌগৎপদা মীত্তা তন্দন পাইরকই। হায়রিবা অসিদগী হেঞ্জিল্লক্লবদি লায়য়েংবদা ব্রারবা যক্ষ্মা, ঈশিং পুকচৎ পেরেলাইসিস, হকচাং শিথবচিংবা তমথি তমথিবা লায়নানা নারক্লনা মপুক্সি অরেম্বদা মাঙলকই। মথক্কী লায়নাশিং অসিদা নত্তনা তাইবঙপান অসিদা অরু অরুবা লায়না

কয়ামরুম লৈরিবসিগী হৌরকফমদি ফম্বিবু অরেম্বদা মাঙহনখিবদগীনি হায়না লায়য়েংবগী লাইহিরিকশিংদা য়াওরি। মরম অসিনা বীর্য্যবু ঙাইহাক নুংঙাইবা পাম্বদগী অরেম্বদা মাঙহল্লিবা মীশিংদো মথন্তনা মথন্তবু মাঙহল্লরবনি অমসুং মপুন্সিবু অৱাবনা থল্লবা মরক্তা চিংথজবনি। অশেংবা নুংশিৎ, নুংশা, ঈশিং অফবা চিঞ্জাক কয়া চাদুনসু অমসুং অফবা শাজেন কয়া তৌদুনসু হকচাংগী মচি ওইবা ফম্বিবু অরেম্বদা মফম মরাং খঙদনা পঙমাঙ মাঙহল্লবদি হকচাং ফগৎহনবা ঙমদে। পুক্নীং হকচাংগী ময়োল ওইরিবা ফম্বিবু মপান্দা পুথোক্লুনা অরেম্বদা মাঙহল্লগা নুংঙাই হায়রিবা মী অদুগী ৱাখল অদুদি মবুক লাল্লবা লমহূইনা শরূ অকংবা অমা ফংবদা অচাপোৎনি খন্দুনা শায়দুনা চাবদা মখায়ন্তা ঈ থোরক্লগা মরৈদা তাবদা মশাগী ঈবু শরূদগী ফংবা মহাওগুম খন্দুনা শুম্রংদা নুংঙাইবগুম্বনি। মতম কুইনা নুংঙাইনীংলিবা অমদি পুক্নীং হকচাং অমসুং ৱাখল তরূ-তরূ তশেং-তশেংনা থম্মীংবা মীনা বীর্য্য কদৌঙৈদসু অরেম্বদা খক মাঙহল্লোইদবনি। মাঙথ্রবা অমুক শিঙ্গৎনবা হিদাক, চিঞ্জাক পৃথিবী অসিদা লৈতে। য়াম্না চেকশিল্লু।

# ফম্বি য়োক্লগা কান্নরকপা

মীওইবদি অতৈ জীবগুম্না পোকপগা য়াম্না থুনা হকচাং কায়াৎ মপুং ফাদে। শা, উচেক অমসুং ঙানচিংবগুম্না থূনা হেক্তা চৎপা, পাইবা অমসুং চাবা ঙমদে। মীওইবগীদি য়াম্না থীন্না মথং মথং ওইরকই। হেক পোকপগা ইন্দ্রিশিং অসি করিমতা মপুং ফানা শীজিন্নবা ঙমদে। ইন্দ্রি পুন্নমক্তগী ইহান হান্না শীজিন্নবা হৈরকপদি লৈয়েং অমসুং উনশানি। ইমাগী খোমলাং থকপা অসিমদি মহৌশা লাইরেম্বীনা তম্বীরকপগুম তৌই। মরম অসিদগী হেক পোকপগা খোমনৌবী কৌদুনা খোম ইন্নরিবা মরম অসিদগীনি। চহি মঙা শুদ্রিবা ফাওবদি হকচাংগী বুথি লৌশিং তুংনফম ওইবা থোপ অসি শেমগৎ-শাগৎপা মপুং ফাদে। মরম অদুনা ভারতবর্যদা চহী মঙা শুরগা লাইরিক-লাইশু তম্বা হৌনৈ। অদুগা ইউরোপ্তদি চহী অহুমদগী হৌনৈ। হবা পানি খেন্নবদগী চহী অনি খেন্নরম্বসু য়াই। চহী কুন্নিথোই শুদ্রিবা ফাওবদি হকচাংগী শারেপ মপুং ফাদ্রি হায়দুনা নাবালক চিংই। আইনগী থোঙদদি চহী ২৪ শুদ্রিবা ফাওবা চিংই। চহী তরাতরূক্তগী চহী কুনমঙা ফাওবদি পাখংগীশিংদা চল্লি। মরমদি মতাং অসিদা উপালনা মপাল শাদুনা মহৈ য়াল্লকপা ঙল্লকপগুম মশাদা পুন্সিগী মচি ওইরবা ফম্বি মপুং ফারকই। মতাং অসিদা য়াম্না হৈশিংনা ফম্বি অসি চহী ১২ ফাওবা মপুংফানা য়োক্লুনা থম্বা ঙল্লবদি হকচাংগী কয়াৎ খুদীংমক্তা মচি ওইবা শরূক তুংশন্দুনা থম্বা ঙম্বা মরম্না মীথোই মীহেনবা মী অমা ওইরকপা ঙম্মী। স্বামী বিবেকানন্দনা হায়রম্মী ঃ- বীর্য্য মপুং ফারকপা মতমদগী চহী তরানিথোই ফাওবা য়োক্লুনা থল্লবদি হকচাং পূম্নমক্তা শীনথুংনা লৈদুনা নীংথিজরবা লেক অমা কাহল্লি অমসুং থোপ্তা চঙখিদুনা "ওজধাতু" কৌবা হকচাংগী মচি ওইবা শরূক অমা শাগৎলকই। মদু লৈরবা নুপা অদুবু "উর্দ্ধরেতা" কৌই। অদুগুম্বা

নুপা অদুদি মীনা অরু অরুবা ব্রা ঙাঙলকপদা থুনা ফাজনবা ওস্মী অমসুং খঙখিবা খক কাউগন্দে। মরম অদুনা বুদ্ধি লৌশিং য়াম্না থৌবা হেল্লি। মশাদা অকি-অখং লৈতবা মরমনা থৌনা ফৈ। মশাদা শিংলি তেকখত্তুনা লৈবা মরম্না মশাদা অতনবা লৈতে। অনাবা ঙাকথোকপা ওম্নবা পাঙ্গল য়াম্না লৈবা মরমনা মখল মখা অয়াম্বা লায়নাগী মহীক্লা করিমতা লাকচবা ওমদে। তীনজেল লাইচেন্দবা মরমনা তৌথোরকপা থবক খুদিংমক্তা চঙখোল্লি অমসুং খুদোংথীবা লাক্লবা মতমদা মপুক্লীং তপথনা অব্রা-অনা, অকি-অখং ইকোম কোম্না মায়য়োক য়াবা ওস্মী। পুক্লীং-হকচাং অমসুং ব্রাখল ইতেক তেকখত্তুনা লৈবা মরমনা মরিল লৈবা, খাঙবা কনবা অমসুং থৌনা লৈবা মী অমা ওইরকই। মবুকচেল ফাবা ওল্লকই। মপুক্সি শাংই। অরু অরুবা ব্রাখল খঞ্জবা ওম্বা মরম্না হৈনীংবা মহৈ ইরায় লায়না হৈবা ওল্লকই। মরম অসিনা পোকপগী মহৈ য়ানগে হায়রবদি পুক্সিগী মচি ওইবা ফম্বি অসি য়োক্কদবনি। রামায়ণনচিংবা হিন্দুগী পুরাণদা লক্ষ্মণ, হনুমান অমসুং পরশুরামনচিংবা মহা-পুরুষশিংনা মমান্নবা অতৈনা তৌবা, পাঙথোকপা ওমদবা থবক কয়া ইরাই লায়না পাঙথোকপা ওমখিবা ব্রহ্মচর্য্যগী মপান্ননি।

মহাভারতকী মতমদা ভীষ্ম, অর্জ্জুননচিংবা মহারথীশিংনা লানফমদা পাঙ্গল বুদ্ধি, ব্রাখলগী অঙকপা শক্তি কয়া কয়া উৎখিবা ব্রহ্মচর্য্যগী মতেংননি। হৌজিক্কী মতমদা হায়রগা নেতাজী সুভাষচন্দ্র বসু, মহাত্মা গান্ধীজীনা রাজনীতিগী অকনবা লানফমদা চোংশন্দুনা মীনাইগী য়োহিলং ককথৎলম্বা ব্রহ্মচর্য্যগী পাঙ্গলননি। আমেরিকাগী ধর্ম্ম সভাদা ফিঙাং শেৎপা লম্বোইবা বিবেকানন্দনা ওক্লবা ধর্ম্ম বক্তৃতা তৌরুবদা পৃথিবী পুম্নমক্কী মীবু শুক্কাৎখিবা ব্রহ্মচর্য্যগী মগুণননি। নহাকসু অদু মঙায়, বীর্য্যবু য়োক্লবদি, মরিনবু চুম্নবদি নহাকসু মখোয়গুম্না মী অমা ইরাই লায়না ওইবা ওমগদবনি। ব্রহ্মচারী নীংথীনা ওইরবা মী অদুগী মায়থোংদি পুর্ণিমাগী থাবলগুম্না মপুং

ফানা তরু তরুই। মমান্নবা মরক্তা চঙবদা মঙাল মশা চাউই। হায়দোক্লপা খোঞ্জেল তাবদা মী শুস্কাৎলি। মীরক্তা চঙদুনা ৱা ঙাঙলকপা মতমদা মী খুদিংমক মৱা লৌনীংই। মতীক চাবা নেতা অমা ওইগে হায়রবদি মপুং ফাবা ব্রহ্মাচারী ওইগদবনি। পোকঙমদনা পোকপা মীওইবগী মপোক্তা পোক্লগা চাওখৎপা পামদ্রবা ইন্দ্রিয়গী মখা পোন্দুনা শা-ঙাগুম চানীংলগা পংচা-চা কোয়নীংলগা পঙকোই কোয়রিবা নুপা অদু মশানা মশাবু মাঙহঞ্জরবনি। নহা ওইরিঙৈ, মথোৎ কাখৎলিঙৈ মতম অসিদা য়াম্না চ্যেকশিন্না মশা মাঙগদবা ফত্তবা শাজৎ মখৈ থাদোক্লগা লৌশিংগী মৈরা চুখত্তুনা মন্নবা খুদোংথীবনা থল্লবা মীওইবগী পুন্সিদা চাওখৎপগী চীংদোল কাগে থৌরাংলিবা নুপাদো মশানা মশাগী অশেংবা মরূপনি। পোকচমনগী মহৈ য়ানগনি। মশাগী কান্নবা মপুন্সি ওইবদা নত্তনা মরৈবাক অমসুং মীওইবা পুম্নমক্কী কান্নবা থবক পাঙথোকপা ঙমগনি। মহৌশাগী সুষ্টিদা থৱায় পানবশিংগী মনুংদা ৱাখল লৌশিং মপুং ফাহনবা য়াবা মরম্না মীওইবগী মপোকপু পোকঙমদবা মপোক কৌনরিবনি। মীওইবা মপোক্তা পোক্লগা মরু ওইবা পাঙথোক্নদবা মথৌদি মশাদা থুপ্পুনা লৈরিবা ৱাখল লৌশিংগী থাওমৈবু ঙান্না থাঙ্গত্তুনা অচুম্বা মশক খঙনা চৎখিবনি। অচুম অরান লেপ্পা ঙম্নবা বিচার নশাদা ফাওহল্লগা অরানবা মখৈ হঞ্জেক্লগা অচুম্বা মখৈ লৌশিন্দুনা অরেপ্পা লৈতবা অৱা-নুংঙাইগী ঈপাক্তা হোৎনবা কনবগী নৌ পায়দুনা জ্ঞানগী হী তোংদুনা পাক্লবা ময়া তাইবং সমুদ্র লানগদবনি। ৱাখল অমসুং লৌশিংগী য়ুম্ফমদি সত্যনা ওইগদবনি। সত্য লৈত্রবা ৱাখল অদু অশেংবা জ্ঞান ওইয়ু হায়বা য়াদে। সত্যনা য়ুম্ফম ওইরবা জ্ঞান অদুতনা অশেংবা নুংঙাইবা (আনন্দ) পুরক্কনি। মরম অসিনা হিন্দুগী শাস্ত্রকারশিংনা ঈশ্বরগী মমিংবু "সচ্চিদানন্দ" কৌই। সৎ=অচুম্বা, চিৎ=অশেংবা জ্ঞান অমসুং আনন্দ=নুংঙাইবা অহুম অসি মুন্না খঞ্জিল্লুরবদি পোৎশক অমত্তনা

ওইবনি। মরম অসিনা সত্য থিবনা পুন্সিগী মরু ওইবা থৌদাংনি। ঐখোয়গী শক্তি পুম্নমক সত্যনা য়ুম্ফমনি। মরমদি বিদ্যা পুম্নমক অচুম্বগী মনুং চল্লিবনি। অসিগুম্বা অচুম্বা ব্রাখল অসি ইশাদা লৈরিবা ইন্দ্রি খুদিংমকপু শীজিন্নদুনা থিগদৌরিবনি। ইন্দ্রি খুদিংমক্কী শাথৌবা (ড্রাইভর) দি পুক্নীংনি। পুক্নীং অসিদা অমোংপা ব্রাখল লাক্লগা ইন্দ্রিশিংনা নত্তবা, চুমদবা, ইশা মাঙগদবা থবক তৌরক্লিবনি। পুক্নীং ফাজিনগে হায়রবদি ইশাগী পাঙ্গল মপুং ফানা থমদবা য়াদে। ব্রাখল, লৌশিং থৌদবা য়াদে। তিন্নরিবা সঙ্গ ফত্তবা য়াদে।

পুন্সিগী অকনবা লানফমদা নুপা থৌদাং য়েংগদবনি। অফ-ফত্তা পুম্নমক ইশা ইশাদা লৈরিবনি। ঙক্ল-ঙক্লবা শক্তি কয়া মশাদা থুপ্তুনা অমসুং তুংদুনা লৈরিবনি। অসিগুম্বা লাইগী ওইবা শক্তিশিং অসি হৌদোক্তুনা অমসুং ফোঙদুনা শীজীন্নগদবনি। শীজীন্নবা তারবদি পুক্নীং অসি চোইরোইদবনি। পুক্নীং চোইদনবা অথোইবা পাম্বৈদি বীর্য্য য়োকপনি। নুপা অমসুং নুপী অমগী খ্বাইদগী হেন্না য়েক্লবা ব্রাখলদি অপাম নুংশি-নুংঙনগী ব্রাখলনি। পুন্সিগী তুংনফম ওইবা ফম্বিবু মপুং ফারবদি পাঙথোক্কে নীংবা থবক্তা মপুং ফানা খোয়জঙবা ঙম্মী। মরম অসিনা পাখং খুদিংনা মশাগী কান্ননবগীদমক্তা ইহান হান্না তৌগদবা থবক্তি ফম্বি য়োকপনি। অতৈনা মশানি। হোৎনবা কনবনা মরুনি। মরম অসিনা ফম্বি করম্না য়োক্লদগে হায়বসিগী মরমদা অমুক থিজিনসি।

---

## বীর্য্য করম্না য়োক্কনি ?

ব্বাখল লৌশিং অমসুং হকচাংগী মচি ওইরবা বীর্য্যবু মপুং ফানা য়োক্কুনা থম্বা তরাই-তরাইবা থবক্তি নত্তে। মাঙহল্লগা ফত্তে খঙনা খঙনা তাইবং মায়াগী লীচিংনা নমদুনা চিংই। থৌরবা থাঙগী ময়াদা খোঙ থাংদুনা চৎপগুম্বনি। তৌইগুম্বসুং চ্যেকশিল্লগা তৌঙমদ্রবা থবক কয়া পাঙথোকপা ঙম্মী হায়বসিমদি কাউফদে। পুক্নীং, হকচাং, থব্বায় অহুম্মক্না তৌগে লেপখ্রবা নুপাদদি ঈশ্বরনা মতেং পাংবি। ইখ্খোল কোইবা নুপা অমনা মহাক্না থাজরিবা মহৈ-মরোংবু নীংথিনা মহৈ চাগে খল্লবদি মায়কৈ নিপালমক্তা শম্বল নীংথিনা খাদুনা শা, ষণ ঙাকপগুম ব্রহ্মচর্য্য ঙাক্কে খল্লিবা নুপা অমনা মহাক্কী পুক্নীং লৌফমদা মায়াগী শা-ষণগী মশক ওইরবা নত্তবা ব্বাখল চঙলকতনবা অহোবা নিপালখক চ্যেকশন্না ঙাকথোকপা য়ানবা মেলহৌবা তাই। মদুদি ঃ-

**অহানবদা**—মীৎয়েং চুম্বা, মশক মতৌ ফজবা, মথোং কারকপী মশুং মমান্নবী কয়াগী মায়থোং খক য়েংদবা। করিগুম্বা য়েংলুরবসু কামগী ব্বাখল পোক্তনবা কন্না হোৎনবা। মিৎয়েং চুমদ্রবদি মিত্তা তমথিরবা কামনা চোংশন্দুনা পুক্নীংবু ইরাই লায়না হুমদুনা পুখি। মরম অসিনা ঙম্বা মখৈ মশুং মমান্নবী অমগা খক মিৎ চান্ননা য়েংদবা। ঙম্বা মখৈ মিৎয়েং অসি লৈপাক্তা হকচাংদগী মাঙদা লমমুক লাপ্না থমদুনা য়েংবা মিৎ হায়বা ইন্দ্রি অসিনা থব্বায়গী চাউরবা মিহুৎথোঙনি। থব্বায়দগী হৌরকপা ব্বাখলগী মশক ওইরবা পুক্নীগী মশক্না মপান তাইবংদা য়েংলুরগা মঙাল অদুনা লম্বী ওইদুনা মপানগী পোৎ পুম্নমক থম্মোয়গী মিংশেলদা তারিবনি। মরম অসিনা পুক্নীং শুক্ষ্মৎখিবা অমসুং ব্বাখল মপান থোকখিবগী শরূক অয়াম্বদি মিত্তগীনি। অপাম নুংশিগী ব্বাখল পোকহনগদবা ইশাগী পুক্নীং চোইহনগদবা

মিৎফমদা অমাঙবা ৱাখল খক চঙহনফরোই। টর্চ্চলাইট কাপ্পগা মনুংগী বেটরী চার্জ্জ মাঙবগুম বীর্য্য মাঙই।

**অনিশুরকপদা**—নশুং নমান্নবী কয়াগী নাক্তা নকলুগে খন্দবা অমসুং মশাদা অপাম নুংশিগী ৱাখল য়াওনা শোক্কে নীংলুদবা। মীওইবগী হকচাং অসিদি শিংলিদনা ৱাখল পুম্নমক পোকহল্লিবনি। উবা, শোকপা, তাবা, মহাও খঙবা অমসুং মনম লৌশিল্লকইবা অমসুং থবক তৌবা ঙমলিবা পুম্নমক শিংলিগী মতেংনি। অৱা-অনা, অকি-অখং, নুংঙাইতবা শাওনীংবা, হৱাওবা অমসুং পঙথবা পুম্নমক শিংলিগী ফিভম হোংলগতা ওইরিবনি। শিংলিনা পুক্নীংগী টেলিগ্রাফ য়োৎলিগুম্বনি। মরম অদুনা শোকপা হায়বসি ইখঙ খঙহৌদনা পুক্নীংগী ফিভম হোংবা ঙম্মী। মরম অদুনা জীবনী শক্তি মাঙই অমসুং বীর্য্যগী শক্তিসু মাঙই।

**অহুমশুরকপদা**—মশুং মমান্নবী কয়াগা ফম্মিন্নদুনা নত্রগা নক্লদুনা শান্নমিন্নগে খল্লুদবা। য়োৎচাবীনা য়োত্তুমবু মনাক নক্লুরবদা ইরাই লায়না মহাক্কী মপাঙ্গন্না চিংশিংনবা ঙম্বগুম নুপীগী মশাদা নুপাবু নুপাগী মশাদা নুপী চিংশিংবা ঙম্বা মহৌশাদগী য়াওরক্লবা মিৎনদি উবা ফংদবা ঙক্লবা শক্তি অমমম লৈ। মদুগী মরমদা মতাংচানা মখাগী পন্দুপ্তা য়াওরক্কনি। ইশাগী নুপা ওইবগী শক্তি মাঙই চোকশিল্লু।

**মরিশুরকপদা**—মরূপ মপাংদা কনাগুম্বী নুপী অমগী মরমদা, মশক মতৌ ফজবগী মরমদা অমসুং নুংশি নুংওনগী ৱাখল য়াওবা ৱারী ৱাতাই খক শারুদবা, ৱারী শাবগী ঙক্লবা পাঙ্গল অমা লৈ। শারিবা নুপা অমসুং তারিবা মী অনিমক খন্নরিবা হিরম অদুদা পুক্নীং চপ মান্ননা চঙমিন্নে, ৱাখল হায়বসি মিংশেলগী মশক্তি। শারু-শারুবা ৱা অদুগী মমি অমমম ৱাখলগী মিংশেল অদুদা তারুই। মরম অদুনা শাখ্রিবা ৱাখল অদুনা মখোয়গী

পুক্লীং অদু লোই চল্লি। মতাং চাদ্রগা ফোটো নম্বগী নেগেটিভ তাদুনা লৈহৌবগুম্ব থম্মোয়দা চুদুনা লৈহৌই। লৈহৌবদা নত্তনা ৱাখলবু ঈথক ইরাং লায়না হৌহনবা ঙম্মী। মরম অদুনা মহাক্কী থৌরবা পাম্মুরবা পুন্সিগী মরু ওইরবা ৱাখলগী শক্তি অদু অরেম্বদা মাঙদুনা তোকই। মরম অদুনা পুন্সিগী শক্তি (জীবনী শক্তি) মাঙলকপা মরমনা বীর্য্যগী শক্তিসু মাঙলকই।

**মঙাশুরকপদা**—কনাগুম্বী মশুং মমান্নবী অমদা খক লকনরুদবা অমসুং ৱারী ৱাতায় খক শারুদবা। খোঞ্জেলগী ঙল্লবা শক্তি অমা লৈ। নুপী নুপাগী অপাম নুংশি থোকহল্লিবসি ৱাহে খোনফমদা পুক্লীং শুদ্ধৎপা ঙম্বা নোথাংগুম্ব শক্তি অমা লৈ। খোঞ্জেন্না জগৎ অসিবু ঙাক্লিবনি। খোঞ্জেন্না জগৎ অসিবু য়োক্লিবনি। ৱাহে হায়বসি হকচাংদগী থোরকপা থৱায়দগী হৌরকপা মৈগী মশক্লি। অরেম্বদা কামগী ৱাখন্দা ৱারী ৱাতাই শানরুরবদি পুন্সি থাওমৈগী মৈরি মঙাল য়াম্না হন্থরকই। মরম অদুনা বীর্য্যগী শক্তি মাঙই।

**তরুকশুরকপদা**—কনাগুম্বী নুপী অমগী ৱাখল খক তৌরুদবা। মীওইবনা অহানবা থবক থোক্লকপসি ৱাখলদগীনি ৱাখলদা মমি তাথ্রবা থবক অদুবু চুখীবা (সংস্কার) কৌই। মদুনা হকচাংগী মফম খুদিংমক্তা থোরক্তুনা মপানগী ইন্দ্রি খুদিংমক্তা থৌরকই। মমৈদা মপাল থোরক্তুনা অফবা নত্রগা ফত্তবা থবক কয়া পাঙথোকই। নুপী অমবু ইতত্তত্তনা নীংশিংলবদি ইমাবু তত্তনা নীংশিংলগা অমাঙবা ৱাখল কাউবা ঙম্মী। মরম অদুনা নুপী খুদিংমকপু ইমাগুম্না নীংউ হায়রিবা মরম অসিদগীনি। মীওইবদি মহাক মহাক্লা নীংলিবা ৱাখল অদুগী মশক্লি। ইমা নত্তনা অতোপ্পা অপাম নুংশিগী পোক্লা নুপী অমবু ইতত্তত্তনা খল্লবদি ইরাই লায়না পুক্লীংদা কামগী ৱাখল চঙলক্তুনা মথক মখা ওনবা ঙম্মী। মরম অদুদগী বীর্য্য মাঙবা য়াই।

**তরেৎশুরকপদা**—নুপীগী ব্রাখল অমুক খল্লম্বদগী হেঞ্জিনিখিদুনা মাঙনবগী মশক ওইরবা মৈথুনবু কয়ামুক নুংঙাইরমগদগে চাং অমুক্তং য়েংগে হায়না কন্না খল্লকপা পুক্নীংগী ঈহুন অদুবু থাদোকদবা ওই মহৌশানা কাম হায়বসি মমিৎ তাঙই। অফ-ফত্ত, অচুম-অরান মশক খঙলক্তে। ইশাগী ব্রাখল অসি চপচানা লেপ্পা ঙম্লক্তে। হকচাংগী ইন্দ্রি পুম্নমক ঙাক্লবা মওং অমা ওল্লকই। মীওইবগী মশাদি মহৌশানা ব্রাখল অমসুং শিংলিগী মখা পোনবনি। ব্রাখলগী অরানবা চুমথোক্লগা শিংলিসু মহাক্কী হান্নগী ফিবমদা হঞ্জিনজখিনি। ঐগী ব্রাখল অমসুং শিংলিশিংবু খুদুম চলহৌরবদি কামনা লাকচবা ঙম্মোই। য়াম্না চেকশিন্না ব্রাখল অমসুং শিংলিদগী ঐনা তোঙান্না লৈরগা গাড়ীবু মহাক্ল লয়নীংবা মায়কৈদা লয়নবা হোৎনবগুম কামগী ব্রাখল অমসুং শিংলিগী ফিবম হোংলক্লিবদুদগী মায়কৈ অমরেমদা হোংনবা হোৎনগদবনি।

**নিপালশুরকপদা**—ইশাদা লৈরিবা বুদ্ধি লৌশিং হকচাংগী মচি ওইবা বীর্য্যবু মপুং ফাদ্রিঙৈদা শেরান্নবা ব্রাখল অমসুং অমোৎপা শাজত্তগী মতাং চাদনা কামগী থবক্তা লুপ্পদুনা মাঙহনগে খন্দবা। মবুক লান্নবা লমহুইনা শরূ অকংবা শায়দুনা চারগা মখনাওগী থোরকপা ঈনা মরৈদা তারগা মশাগী ঈনি হায়বা কাউথোক্তুনা শরূদগী ফংলকপা মহাও ওইরবোই নীংদুনা নুংঙাইবগুম ইশাদগী বীর্য্য মপান থোকপদা মপান্দগী ফংবা নুংঙাইবনি হায়না লৌরিবা ব্রাখল অদু অরানবনি। মিৎকুপ অমত্তং নুংঙাইনীংবদগী মতম চুপ্পদা নুংঙাইবগী তুংনফম ওইবা বীর্য্যবু হকচাংদা অসুম তুংশিন্দুনা থম্বা অশিংবগী থবক্লি। ঙসি নুংঙাইথোকখ্রগা হয়েংদি ব্রাগনি। হয়েংগীদমক্তা য়োক্তুনা থম্লগা থল্লিবমখৈ নুংঙাইবা য়োক্তুনা থল্লিবনি হায়বসে কাওদনবা হোৎনগদবনি। "বীর্য্য য়োক্লিবমখৈ হিংলিবনি মাঙহল্লগা শিরবনি।"

—(শিবচংহিত)

মথক্তা তাকখিবা নিয়ম নিপাল অসিবু ঙাকপা ঙন্নবা মী অদুবু ব্রহ্মচারী হায়না কৌবা য়ারে। মহাত্মা গান্ধীজীগী ব্রহ্মচর্য্যদা অসুম্না হ্যরি—ব্রহ্ম—সত্য, চর্য্য—চর্চ্চা তৌবা সত্য ফংনবা হোৎনরবু বহ্মচর্য্য কৌই। স্বামী শিবানন্দজীনা অসুম্না তাক্লি—"ঐখোয়গী ফম্বি অসি ব্রহ্মগী মশক্তি মহাকপু হক চাংদা মতম কুইনা য়োক্লুনা থম্ববু ব্রহ্মচর্য্য কৌই"। মুন্না খঞ্জল্লুরবদি ব্রাহৈদা মান্নদ্রবসু ব্রাখলগী ঈচেলদি অমত্তনি। মরমদি মীওইবগী হকচাংদা সত্যগী তুংনফম ওইবা অশেংবা নুংঙাইনবগী মশক ওইরবা শক্তি অসিবু মাঙহন্দনা য়োক্লুনা থম্ববু হায়বনি। পুন্সি অসি থাওমৈ অমগা চাংদম্নরগা হকচাংগী ফম্বিনা থাওগী মশক্তি অদুগা থাওদগী ওইরকপা মঙালগী মশক্তা ব্রাখল লৌশিংনি অমসুং থব্রায়না মৈগী মশক্তি। অশেংবমক্তি ফম্বি নীংথিনা য়োক্লুনা থমগে খল্লবদি ইহান হানবদা ইন্দ্রি পুম্নমক্কী লুচিংবা পুক্লীংবু হান্না লাকশিন্ননবা হোৎনগদবনি। পুক্লীংনা স্বর্গ কাগদৌরিবনি। পুক্লীংনা নরক তাগদৌরিবনি। মিৎ, নাকোং, নাতোক, লৈয়েং অমসুং উনশা মঙাগী খুজ্জিদি পুক্লীংনি। ময়াম অসিগী মথক্তা ব্রায়েল থৌদারিবনি। পুক্লীংদা লৈরিবা নীংবা পাঙ্গল (ঈচ্ছাশক্তি) অসিগী মতুংইন্না হকচাংগী ইন্দ্রিশিং অসিসু থবকলোমদা ওন্থোক্লকই। মখোয়গী পুক্লীং অসিতবু ঐখোয়না লাকচদুনা খুদুম চনবা ঙমজরবদি জগৎ পুম্নমক জয় তৌবা ঙমগদৌরিবনি। পুক্লীংবু ফাজীনবা ঙমজহৌদদুনা অঙাওবা শগোল তোংবগুম খুজ্জি পায়বা হৈতবা মীনা খুদোংথীবা নংবগুম ঐখোয়গী পুন্সি অসিনা পুকচেল ফাবা হৈত্রবদি অরেম্বদা তাগদৌরিবনি। পুক্লীং অসি মশক উদবা মিংশেল অমগুম্বনি। উরু তারুবা অমসুং তিন্নরব্বা মরূপ মপাংগী ব্রাখল অসি হেক হেক পুক্লীংদা মমি তাখ্রগা লৌনগল্লি। লৌনগনবা লায়না কলেরা, লায়থোকপা, যক্ষারদগী হেন্না তিন্নরবু মীদগী ব্রাখল অসি হেক হেক থুনা লৌনগল্লি। মরম অসিদগী মীওইবগী পুন্সিদি ইত্তত্তনা তোৎন-তিন্নরিবা মীগী শাজৎ ইরাই লায়না লৌনগল্লি। মরম অসিনা ইহান হান্না চেকশিনগদবদি মরূপ খনবনি।

# মরূপ খনবা

## (A man is known by the company he keeps)

মী অমা মশক খঙগে হায়রবদি মহাক্কা তিন্নরিবা মরূপ মপাং মশক খঙলগা মহাক্কী মরিল মুন্না খঙই। স্বামী শ্রীশিবানন্দজীনা খুদম অমা পীঃ—কালেনগী শারবা নুংশাদা থৱায়পানবা পুম্নমক অদুম খাঙবা ঙম্মী। তৌইগুম্বসুং নুংশানা য়েরবা লৈঙোই চোঞ্রোবী মথক্তা খোঙ থাদুনা চৎপা ঙমদে। অদুগা মৈসু মীওইবনা শীজিন্নবা ঙম্মী। কনাগুম্বনা হিদাক থকপদা টিকি মৈতান অচাকপা মখুৎনা পায়বা ঙম্মী। মৈনা চাক-ঈশিং থোংনৈ। নীংথম্লগা মৈ তীকই। তৌইগুম্বসুং মৈদা ইকলুরবা য়োত্তি পায়বা শোকপা ঙমদে। শোকলুরবদি হকচাং পোকই। মৈদগী মৈদা ইকলুরবা য়োৎনা হেন্না শাথি। মতৌ অদুগুম্না নুপীদি থোইনা নুংশা থিফম লৈতে। ৱাখলবু শেংলবদি কামগী ৱাখলবু লৈত্রবদি ইমা-ইচাগী অমসুং ইচল-ইচেগুম্না খল্লগা কামগী ৱাখল পোকহন্দবা য়াই। তৌইগুম্বসুং নুপী নহা য়াম্না কোয়রুবা মরূপ-মপাংদি খুদোংথীবগী মশক্নি। য়োত্তা ইকলুরবা মৈগুম্বনি। শা কৈদি উন্নরগা চেল্লগা অমসুং লোৎল্লগা হিংই। ফত্তবা কোয়গনবা অমসুং ওক্তবা মরূপতি চেন্দুনা হিংদে। উনরুবদা লাইরেন ওক্লবগুম ফত্তবা ৱাখলনা লাইচুরকই। মীনম্বা ময়াগী নুংঙাইবা, পুক্নীং ঈথক ঈরাং হৌহনগদবা ৱারী ৱাতাই কয়া শাদুনা নত্রগা ওক্তবা লম্বীদগী নুংঙাইবা কয়াদা চিংশিন্দুনা পুন্সিবু মফম মরাং করিমতা খঙদনা মাঙহনগদবগীদমক্তা হোৎনরকই। মখোয়না তৌরিবা থবক অদু ফত্তবনি হায়না মখোয়গী ৱাখল করিমতা লেপ্পা ঙমদে। মহাক্কুম্না মীনম্বা নুংঙাইবদুগীদমক্তা মপুন্সি অদুনা অরেম্বদা মাঙহললি। কামগা মরী লৈনবা থবক্তনা মখোয়গী নুংঙাইবনি। সিনেমা, থিয়েটর, লিকোন, থাবল অমসুং লৈ থিবনচিংবদা শা ষণনা ইকাইবা লৈতনা লোইতানন্নবগুম নুপী নহা মরক্তা কোয়না কোয়না ইন্নদুনা চৎলি।

মখোয়না হায়রিবদি অসিনি মীওইনা পোক্লবদি নুংঙাইবা থিগদবনি। নুংঙাইবা পুম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাইবদি কোয়র্বনি। অপাম-নুংশি ব্রাখলদা তাউবনি। ইশুং ইমান্নবী মরক্তা লৈজবমখৈ শেৎ-চারগা অমসুং ঙস্নমখৈ লৈতেংলগা নুংঙাইথোক্কদবনি। মীওইনা পোক্লগা নুংঙাইবা ফংদ্রবদি মী অদুদি পোকপগী মহৈ য়ান্দ্রবনি। সংসারদা অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা করি লৈবগে? অসিনি মখোয় অদুগী পুক্লীং অদো কামগী তেন্না পান্দুনা অমস্বা ব্রাখলদা লুপখ্রবনি থী-য়ুংদা হিংদুনা লৈবা তীল কাঙনা মবুক পেন্না চাদুনা লুপ্তুনা লৈবগুম পোকচমনগী মহৈ য়ান্দ্রবনি। ঙাইহাক নুংঙাইরগা থুনা ব্রাবনা তুং ইল্লক্কদৌরিবা ওক্তবগী নুংঙাইবদুবু অশেংবা নুংঙাইবনি হায়না হৌরিবনি। নহাক্লা থিগদৌরিবা নুংঙাইবদি মতম চুপ্পদা লেঙদনা লৈবা অমাং-অতা লৈত্রবা নুংঙাইবনি। শা, য়ু, কানি, গঞ্জা, নেন্যা বেশ্যা মরক্তা নুংঙাইবদু মপান্থোংগী অরেপ্পা লৈতবা কামগী মনুংঙাইনি। নশা মাঙগনি অমসুং পুন্সি মাঙগনি। অশেংবা নুংঙাইবগী ওন্ন-তৈনবনি। জ্ঞান লৈবাশিংগী মমীত্তা মখোয়দুবু শা-ঙাদগী হেন্না তোন্না উরিবনি। ঙাওশিন্নবদগী পোক্লকপা মীনম্বা নুংঙাইবদু য়াওরুসি হায়না চঙশিল্লকপা মীশিংদো ঙস্নমখৈ মনাক নকলুগনু। ব্রারী-ব্রাতাই শাগনু। অপুম্বা হৈ মরক্তা অতেকপা হৈ থম্লুবদা য়াম্না থুনা পত্তুনা মাঙবগুম নংসু অরেম্বদা মাঙগদৌরিবনি। হকচাংগী লায়না লৌনবদি লাই। লায়য়েংলগা কোকপা ঙম্মী। ফত্তবা সঙ্গদগী লৌরকপা ওক্তবা শাজৎকী লায়নাদি চুমথোকপা য়াম্না ব্রায়। অমম্বা ব্রাখলদা পুকনীং লুপখ্রবা অপাম নুংশি ব্রাখলনা তীল চঙলবা মরূপশিং অদুগী ব্রাখল অদু শুস্নাৎপা, বুদ্ধি লৌশিং মাঙবা অশাওবা অমসুং পেন্দবনচিংবা পাপকী ঈথক্তনা থন্দুনা লৈরিবনি। মরম অদুনা তৌহৈ তৌহৈদ্রবা অরানবা থবক কয়া করিসু নত্তবদসু ইরাই লাইনা তৌথোক্লকই। মখোয়গী থৌইনশিন্না নহাকসু মখোয়না তৌরিবা পাপকী থবক অদুদা শোয়দনা

চিংশিনগদৌরিবনি, চেকশিল্লু। মীনম্বা নুংঙাইবনা নরক্কী মশক্কি। অপাম্বদা মতম নশাগী শক্তি লমচৎ মাঙহনবগী মরূ ওইবা থবক ঙাক্তনি। মখোয় উরগা থাপ্লা চেস্থোকউ। মখোয়দুবু নুংশিরুগনু। মখোয়না তৌরিবা থবক অদু ফাওবা ফৈ ফত্তে হায়না পাউতাক পীরুগনু মশক উরগা ঈশ্বরগী নাম শোল্লু। নহা ওইরিঙৈগী পুকচেলদি অপীকপা উ চারগী মশকনি। করিসু নত্তবদসু অরেম্বদা মাঙখিবা য়াই। শম্বন খাজিন্দুনা থমগদবনি। চারদগা উ পাম্বী ফারক্লবা মতমদা শম্বন খাদ্রবসু শা ষণনা মাঙহনবা ঙমদে। অদুগুমদুনা ফত্তবা সঙ্গগী মশক ওইরবা শা ষণ অদুদগী নশাবু শম্বননা খাজিন্দুনা থমগদবনি। নুপীগী ৱারী সিনেমা ড্রামা অমসুং রাজনীতিগী ৱা হেক তাবদা পুক্লীং দা ইখঙ খঙহৌদনা ময়াই কারক্লিবনি। পুক্লীং ময়াই হেক কারকপা মতম অদুদা পুক্লীংগী ইহুল অদু ফাহৌবা ঙমহৌদ্রবদি মৈরানবীনা মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিবগুম নপুন্সি অরেম্বদা মাঙগদৌরিবনি। তৌনীংবা, মাঙজনীংবা, কেজনীংবা, শেচ্ছ-চাজনীংবা, কুম্মৈ ফিয়োংনচিংবা ঈরাংদা তাউথজনীংবা কাঙবুদো তুরেন্দা অপুম অশা, কৌবী-শীনাং তাওথখিবগুম তাউথজখিসনু, নংদি তাউথোক-ফরোই। পোকপগী মহৈ য়ানখিগদবনি। পোকঙমদনা পোকপা মীওইবগী মপোক্কি। পাখংগী মতম অতাংবনি। নোংম-নোংমগী মতম হৌখিগদবনি। হৌখিবদা নুংঙাইথোকখিবনা তুংকোইনা নুংঙাইয়ু হায়বা য়াদবনি। ৱাখল লৈত্রবা, মমা মপাগী ৱাননবা পোকপা, ৱারক-ৱাতেম্বদগী কারল মপাল থোকখ্রবা মরূপশিংদো নংবু ইত্তত্তনা হৌবা লাক্লিবদু নঙোন্দগী করিগুম্বা ওইজবা অমা লৌথোক্কে লাক্লীবনি। শেল লৌখিবা য়াই, মতম মাঙহল্লবা য়াই। নত্রগা নংবু নত্তবা থবক্তা শীজিন্নরম্বা য়াই। থাজরুগনু। মী ওইগে হায়রবদি ঙস্বমখৈ মী শুকতিন তিন্নরূগনু। ঙমদা ঙমদ্রগা নঙোন্দগী হেন্না মরম ওকপা মী খন্দুনা তিন্নৌ। তিন্নরূবা মীগী মমায় য়েংদুনা ইশা মাঙহনফরোই। তুংগীদমক্তা ইশাগী ফিবম

অমা শেমহৌগদবদু শেমহৌবা ঙমদদুনা অরেম্বদা তোক্কনি ড্রামা, সিনেমা, থাবল চোংবী, লিকৈলনচিংবদা ঙাওমিন্নরুসি হায়না হৌরিবা মরুপ্তু অফবা মরুপ নত্তে। অচুম্বা লম্বীদা চৎমিন্নসি হায়না হৌরকপা মীদুবু অশেংবা মরূপ্নি হায়না লৌবদি য়াই। মশাগী নুংঙাইবা থিরিবা নুপাদো শোয়দনমক মতম অমদা ঐগী মাঙনবা তৌরকপা য়াই। তিন্নরুগনু। মীগী মশক ওইবা সঙ্গদি অফোংবা সঙ্গনি। ফোংদবা ঙক্লবা সঙ্গ অমগা লৈরি। মদুদি :- ঐনা পারিবা লাইরিকশিং। লাইরিক খুদীংমক পাবদা মতিক চাবা নত্তে। নোভেল, ড্রামা, উপন্যাসনচিংবা লাইরিকশিংদা অপাম-নুংশিগী ৱাখলনা পীকথনবা ময়াম অদু ব্রহ্মচারী অমগী মফমদদি হুগী মশক্নি। পারুরগা লাইরিক অদুনা নংগী পুক্নীংদা নায়ক অমসুং নয়িকাগী নুংশি-নুংওলগী ঈথক্তা পুক্নীং অসি তাউথখি। তাউথবগা লোয়ননা ইশানা নায়ক ওইরগা ঐগী নায়িকা অমা মপা লাক্লকই। ঐসু ৱাখল অদুগী ফিদমদা মখোয়গী মতৌ তম্নীংলকই। মীনম্বা থিয়েটর হোলদা গাজিন্নবগী শীলদা মাঙনবগী মশক ওইরবা পেন্ট তৌদুনা ঐসু পার্ট লৌনীংলকই। মীনম্বা ঙাক্তনি ওইদবা ঙাক্তনি। মাঙনবগী মশকনি। পারুনু। কবি কয়াগী ঙক্লবা কল্পনাগী ৱাখলনা নঙোন্দা ফত্তবা, ব্রহ্মচর্য্যগী ওন্নতৈনবা ৱাখল অমা পোকহল্লগা মাঙনবা লম্বীদা চিংগদৌরিবনি। মরন্নাই ৱাখল খঞ্জবা ঙমদ্রবা নুপা নুপীদা, ওইদবা ৱা কয়ামরুম শেমজিন্দুনা নংগী নপুক্নীং চিংগে তৌরিবনি। মদুগী মহুত্তা অপাম নুংশিগী ৱাংমদা লৈবা, অচুম্বা চৎপা, মহাত্মা মহাপুরুষশিংগী পুন্সিগী ৱারী অমসুং মখোযগী পাউতাক পাদুনা ইশাবু ইশানা চাওখৎনবা শেমজগদবনি। অতোপ্পা নংগী মরূপ অমনা পারুরগা নঙোন্দা ৱারী লীবা হৌরকক্লবসু মঙোন্দা য়াম্না নোল্লুক্লা হায়যু, অপাম-নুংশিগী ৱারী য়াওরবদি তাহনবিগনু হায়না হন্না হন্না হায়দুনা শান্নৌ "সঙ্গনা স্বর্গ কায়। সঙ্গনা নরক তাই।"

# মমাংঙৈগী অমসুং হৌজিক্কী ছাত্রগী পুন্সি

রামায়ণ অমসুং মহাভারতক্কী ৱারীদগী ঐখোয়না খংবা ঙম্মী। মদুদি:- থায়নগী আর্য্য ভারতকী মতমদা গুরুকুলগী পথাপ মতুংইন্না নিংথৌ মচাদগী লায়রবা চুদৎনবা মচা ফাওবা চহী ৯ হেক শুবদগী হৌনা গুরুগী মনাক্তা লৈদুনা মহৈ তম্লরম্মী। অঙাং খুদীংমক য়াম্না চম্না লেনবা অমসুং অৱাংবা ৱাখল খনবা তম্বিরম্মী। গুরুগী চৈরাক মখাদা লৈহনবা মরম্না শেৎপা-চাবা করিমতা কেথোক-মৌথোক্পা য়াবমদে। বন্দ চত্তুনা শীং চনবা অমসুং লৌবুক লম্নাংনা শা যণনচিংবা শেলহন্দুনা অৱাবা কয়ামুক থাংবা তাম্বিরম্মী। পীজবনা অচম্বা অশেংবা চিঙ্গাক (সত্বিক-আহার) পীজরম্মী। খোঙউপ খুরুম ছাটিনচিংবা শীজীন্নহল্লমদে। ছাত্র খুদীংমক ব্রহ্মচর্য্য ব্রত তৌহল্লি। সন্ধ্যা অহুম্মক্তা ঈশ্বরদা লৈশি- লৈথোনবা অমসুং যোগ সাধন্নচিংবা তম্বিরম্মী। চুরুট, বিড়ী, হিদাক্তি মতম অদুদা মশকপু ইখঙ খঙনরমদে। ময়াই কাবা পোৎ অমত্তা শুকসি শীজিন্নহল্লমদে। ছাত্র খুদীংমক অয়ুক অঙনবদা (ব্রহ্ম মুহূর্ত্তদা অয়ুক পুং ৪ তাবদা) হৌগৎতুনা মপাল-ইপাল থোক্তুনা খোঙ খুৎ হামদোক্লবগী তুংদা তুরেলদা চৎতুনা ইরুজথোকই। ঙল্লিঙৈদা পুক্নীং অমত্তা ওইনা ৱাখল খনবা ঙম্লবগীদমক্তা ধ্যান তৌবা তম্বিরম্মী। হকচাং মনুং মপাল শেংনা থম্বা ঙম্লবগীদমক্তা যম নিয়ম আসন প্রাণায়াম (শ্বরগী শাজেন) ওরাইহল্লি। অদুদগী তুংদা গুরুগী পুজাগীদমক্তা হৈ-লৈ হেকপা চৎথোকই। গুরুবু মখোয় খুদীংমক্ত ঈশ্বরগুম্না খল্লম্মী। মতৌ অসুম্না চহি ২৫ শুবা ফাওবা মহৈ মশিং তমদুনা ব্রহ্মচারী ওইদুনা লেল্লগা য়ুম পানবদা মতীক চারে হায়বা গুরুনা খল্লকপা মতমদা য়ুম্বাল্লোন Sexual Science) মতীক চানা তম্বীরগা গুরু দক্ষিনা মতীক চানা কৎলম্লগা ময়ুমদা হল্লকই। মতমদুগী ছাত্রশিংদুগী লিংজেল পুচেল অমসুং থৌনা শীংথারুদুনা কৈদৌনি। ভীষ্ম, আর্জ্জুন, কর্ণ, পরশুরাম, রাম-লক্ষ্মণনচিংবা নহা ওইরিঙৈদগী ফিবম অদু কয়া নীংথীজখ্রবা।

হৃজিক্কী ছাত্রনা ময়ুমদা লৈদুনা মমা মপানা লুনা য়োকপা নত্রগা হোষ্টেলদা লৈদুনা নিংথৌ মচা-মশুগুম মীনাই মীশন্না সেবা তৌদুনা চাউথোকপা তম্মী। মনীং-মখা তম্না ট্রাওজর, কোট, তাই, পাউদর, স্নোনচিংবা তৈদুনা পোকঙমদনা পোকপা মশাবু ফেসনগী লাইফদিবী ওস্থোকই। অয়ুক পুং ৭।৮ তাবদা হৌরগা অয়ুক্তা চা কপ অমা থক্ত্রিবমখৈ মখোঙ হামদোকপা য়াদে। চরুট, বিড়ী, গ্বা চাদুনা শিংলিগী ময়াই কাবা তম্বী। ব্রহ্মচর্য্যগা ওন্নতৈনবা সিনেমা ড্রামানচিংবা ইন্দ্রিগী ময়াই কাগদবা অমসুং পুক্লীং ঈরাং হৌগদবা কুম্মে য়েংই। শেৎচাবদা মহৈ মহৈ তান্নে। মমা মপাগী শেল অরেম্বদা খরচ তৌহনবা, হোকী, ফুটবল, টেনিস, কেরোমনচিংবা শান্নদুনা মতম লেল্লি। লাইনীংবা অমসুং ধ্যান ধারণা তৌবগী মহুত্তা রাজনীতিগী দল অমদা মীচঙ চঙদুনা নীতি তিন্নদবা কাঙবুগা মরৈ য়েংনদুনা নত্রগা আন্দোলন তৌদুনা মতম মাঙহল্লি। তম্বিরিবা ওঝা অমসুং প্রোফেসারনচিংববু শেল পীদুনা তম্বি হল্লিবা নৌকরি হায়না ব্রাখল তৌবা মরম্না মপুক্লীংদা উশিৎ-থৌওইদে। সাইকল, মোটর সাইকল তোংদুনা লাইরিক তম্বা চৎলি। রাজনীতি শান্নবা নেতা কয়াগী ব্রা লৌদুনা মরূপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈবু চিংশিন্দুনা য়াওননবা হোৎনবা অমসুং মরক মরক্তা স্কুল, কলেজগী অথোরিট অমসুং গভর্ণমেণ্টকী বিরুদ্ধদা ষ্ট্রাইক তৌই। অধ্যাত্মিক্কী লাইরিক পাবা পুমথা থাদোক্লগা অতোপ্পা জাতিগী ইতিহাস, ধর্ম্ম অমসুং নীতি চীনফা পুই। মমা মপা অমসুং মহাক্কী জাতিগী সংস্কৃতিবু করিসু লৈতনা খনবা। শিক্ষা দীক্ষা তিন্নদবদগী মখোয়না খরা তমলুরিবা অদুনা অথোইবনি অমসুং অতৈনা অরেম্বনি হায়না ব্রাখল অসি থাদোকপা ওমদে। মখোয়না ব্রাঙাঙ খুদীংমক্তা অপ-টু-ডেট, মোডর্ণ সাইনটিফিক হায়বসি তত্তনা শীজীন্নে। অপ-টু-ডেট, মোডর্ণ হায়বসিনা মখোয়গী ধর্ম্মনি। মখোয়গী ধর্ম্ম অপ-টু-ডেট, সাইনটিফিক অসিদা আধ্যাত্মিক

জগৎকা করি খেন্নবগে হায়বসি নীংথীনা উবা ফংদে। মখোয়গী মত তিন্নদবশিংবু অর্থোডোকক্স (Othrodox) হায়না থোল্লি।

হৌজিক্কী মতমদা মচিন চৎলিবা মহাপুরুষশিংগী ব্রাখলদা নোংচুপকী শিক্ষানা ভারতকী হান্নগী নীংথীজরবা অমসুং লুরবা শাজৎ মাঙহল্লস্মিবা অসি কোক্লবা হোৎনবদা য়ামদ্রবদা চহি ২৫ রোমদি হেন্না চংগনি হায়না খন্নে। হৌজিক্কী মতমদা মপাল তাইবংদা চাওখৎলিবসিসু হিংদুনা পানবা খুদোং চাদবমখৈ লৌশিল্লগা মমাঙঙেদগীসু ফত্তবমখৈ থাদোকলগা ময়াই লম্বী ওইনা হৌখিবনা ব্রাখল তৌরগা তুংদা ওইরক্কদবা য়াম্না চেকশন্না লেল্লবদি ভারতকী ছাত্র-জগৎনা পৃথিবী পুম্নমক্কী ফিদম নফম ওইগদবনি মীগী মতৌ তম্লগা অফবা নত্তে। "মীগী মতৌ তমখাক হঙোই মরিল শুৎ শ্যাং" হায়বা পাউরৌ অদু কাউফদে। তমগনি অফবা শরূক মখৈ লৌখত্তুনা অদুগা ফত্তবা মখৈ থাদোক্কনি। "Imitation is limitation" মীগী মতৌ তমদুনা সীমা অমা য়ৌরগা অদুম তোক্কদবা নত্তে। হোৎনবা নাইরিবা সংসারগী খোঙচৎনি। নখোয়না মতৌ তম্নীংলিবা অমেরিকা অমসুং ইউরোপ মচাশিংনা হৌজিক ভারতকী মতৌ তম্নরকই। স্বামী বিবেকানন্দ অমসুং স্বামী শিবানন্দনচিংবা ভারতবাসীগী শিষ্য কয়া ইউরোপ অমসুং আমেরিকাদা লৈবশিং অসিসু কাউফদে।

---

# পা-পীগী লীচিং

(পিতৃ মাতৃ শক্তি)

তাইবংপান অসিদা লৈরিবা পোৎ খুদীংমক্তা অমগা অমগা মতীক মগুণ, ময়াই তিন্নদবা মহৌশাগী তোঙানবা শক্তি অনিখক লৈ। হিন্দী লোন্দা তাইবংপানবু দুনিয়া কৌই। মরমদি তাইবংপান অসিদা চাউরাক্লা পোৎপা (জোরা) অনিনা শীন্দুনা লৈ। মদুদি ঃ—অমম্বা-অঙানবা, লাবা-অমোম, অয়িংবা-অশাবা, অচৌবা-অপীকপনচিংবা। অমগা অমগা লীচৎ মান্নদবা শক্তি অনিনা শেম্বা তাইবংপাননি। মথক্তা হায়খ্রিবা পোৎপাশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবা শক্তিদি লাবা অমসুং অমোমগী শক্তি অসিনি। লাবনা "পা" অমসু অমোমনা "পী" হায়না কৌই। লাবনা মরু ওইবা অকনবা থবক পাঙথোক্লবসু অমোমনা মশীং য়ামখৎহনবা হায়বদি মচা পোকপা অমসুং য়োকপনা মথৌনি।

মীওইবগী মনুংদা অমোমবু নুপী কৌই। নুপীবু ফজবী লোন্দা লৈমসু কৌই। লৈমা কৌরুবগী মরমদি :—মালেম লৈমরেনগী শক্তিগী শরুক য়ারুবা মরমদগীনি। লৈপাক লৈমগী মরু ওইবা থবক্তি মহাক্কী মথাদা মখল মখা অয়াম্বা মচা পোক্লগা মচীঞ্জাক হুন্দুনা য়োকপনি। মহৌশা হায়বা ব্রাহ্মে অসিমসু ব্রাহ্মে কাঙলোনগী মতুংইন্না থুগাইদুনা য়েংবদা ম=মথন্তনা, হৌ=হৌরক্লনা, শা=শাংলকপা, মথন্তনা হৌরক্লনা শাগৎলকই হায়দুনা মহৌশা কৌই। অসিগুম্না মহৌশাগী ওইবা শেমগৎ-শাগৎলকপগী থবক অসি পাঙথোকপা য়াননবা পা অমসুং পী অনিগী শক্তি অসি মহৌশাগী মরুওইবা খুৎলায়নি। পা-না মপুং ফাহনবা, পী-না মশীং য়ামথোকহন্নবা মশাগী পীথোকপনা মরুওইবা মথৌনি। পা-বু করিগুম্না মতমদা অপোকপা অমসুং পী-বুনা অপোকপী হায়না থোল্লি। করিগুম্না মফমদসু পান্থোইবা অমসুং পান্থোইবীসু থোল্লি। মতৌ অসুম্না অতিয়া নুংশিং, মৈশা, ঈশিং

অমসুং লৈপাক মচাক মঙা অসিদা তাইবংপান পুম্নমক্কী শেম্নবগী মরু ওইবা মচাক শীনথুংনা লৈদুনসু মথক্কী পোৎ মরিবু মথাদা চিংশিন্দুনা মশাগী শরুক্লা শক্লোন মখল মখা অয়াম্বা পুথোকপা ঙম্বদি লৈবাক লৈমা অসিনি। বিজ্ঞান্না লৈপাক লৈমদা মধ্যাকর্ষণ লৈ হায়না পুথোক্লিবা অসিনি। লৈপাক লৈমগী মশাদা থুপ্পুনা লৈরিবা শক্তি অসিবু পীগী শক্তি কৌই। পীগী শক্তি অসিনা মনাক নকপা মথক্কী মচাকশিং অসি চিংশিন্দুনা থম্লগা লোইবা নত্তে। লৈপাক লৈমনা মখা অমসুং নোংদোন অতিয়ানা মথক্লি হায়দুনা ঐখোয় খ্বাইনা লৌনরি। মথক্তা লৈবা পাগী শক্তিবু মখাদা লৈবা পীগী শক্তিনা চিংশিল্লগা মহাক্কী গর্ভদা (নাওফমদা) চিংশিল্লগা অমূক মশীং য়ামথোকহল্লি। নুপীনা মথোৎ কারকপা মতম অসি চহি ১৫।১৬ শুরক্লবা, লুহোংবা য়ারক্লবা মতমবু লৈশাবী কৌরিবসিগী মরম অমা লৈ। মদুদি লৈপাক লৈমনা নোংদোল অতিয়াদগী পাগী শক্তি চিংশিল্লকপা ঙম্নবা শক্তি অদুগী শরুক্লা নুপী অদুগী মশাদা মপুং ফানা ফাওরক্লবা মতম অদুদা লৈপাক লৈমগী পীগী শক্তিনা মহাক্কী মশাদা শাগৎক্লবী হায়বদি ফোঙদোক্লবী হায়বনি। অমরোমদা লৈপাক লৈমগী অমেঙবী অনৌবী, নীংথিজরবী অমসুং অথোৎপীগী শক্লোন ওইরিবী শীঙেলবু লৈ হায়নসু থোল্লি। থো সনু। নুপীগী মশানা পীগী শক্তি অসিনা নীংথিনা লাক্লিঙৈ মমাঙদা থোইদোক্লা ইকায় ইকী ব্রাখল লৈরমদে। হেক ফোঙদোকরকপা মতমদগী ইখঙ খঙহৌদনা মহাক্কী ব্রাখলনা ইকায় ইকী নুপাবু হঙ্গোইবা ব্রাখল হেক্তা লাকই। মতম অসিদা নুপীগী পুক্সীগী বসন্তনি। নুংশি-নুংওলগী ব্রাখল ঈথক-ঈহুন য়াম্না কনবা মতমনি। পাগী শক্তিনা মীওইবগী হকচাংদা মপুং ফানা ফাওরকপনা চহি ২৪।২৫ গী মতমদনি। মতাং অসি য়ৌদ্রিঙৈদসু মপা ওইবা ঙম্বগী শক্তি ফাওরক্লোদ হায়ববু শরীরতত্ত্ব খঙবা পণ্ডিতশিংনা মপুং ফায় হায়না লৌনদে। পাগী শক্তি অসি মশাদা লাক্কুনা মহাক্কী ওন্ন-তৈনবা

লীচংনা তুংনফম ওইবী মশুং মমান্নবী অমবু পাম্বা খণ্ডহক্লবা মতম অসিদা পাখং কৌই। পা=পাগী শক্তি, খণ্ড=খণ্ডলকপা অমদি ফাওরক্লপা হায়বসি মতাং অসি পুন্সিগী অরুবা তাঞ্জানি। মশাদা ফাওরক্লিবা মহৌশাদগী মমল য়াম্লবা শক্তি অসি মশাদা ফাওরক্লগা শীজীন্নফম খণ্ডদনা শীজীন্নব্রবদি উত্তা ঘী হৈজীনবগুম অরেম্বদা মাণ্ডদুনা অদুম তোক্কদৌরিবনি।

মতৌ অসুম্না মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তি অনি অসিনা পুন্সিগী মকোক ওইরিবা মীওইবগী মপোক অসিদা লাক্লিবা পা অমসুং পীগী শক্তি অসিনা খ্বাইদগী হেন্না মতম চণ্ডনা খ্বাইদগী হেন্না চ্যেকশিন্না অমসুং খ্বাইদগী হেল্লবা মচাক্লা শেমলকপনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। অসিগুম্বা পা অমসুং পীগী শক্তি অসি মতৌ করম তৌনা লৈবগে অমসুং মতৌ করম তৌনা ফোঙদোকপগে অমসুং থুপখিবগে হায়বা অসি মরমদা মতেক অমত্তংগা হায়জগে। পোৎ খুদীংমক্কী হৌরকফম অমদি তুংনফম অমমম লৈ। পা পীগী শক্তিসু মতৌ অসুমতৌনা হৌরকফম অমসুং তুংনফম লৈ। তুংনফম ওইববু অপুনবা অমসুং চোইনা তোপ্না ফোঙদোকপা অদুনা ঈশিং ঈপাক্তগী কোঙ্গোন ওইরকপগুম মরন্নাই ওইরকই। মরন্নাই ওইরকপা মতম অসিদা অমম্বা ব্রাখল অমদা ইরন্নাই ব্রাখল খল্লক্তুনা ইশাগী ঙাক্তা ওইজবা থিরকই। ঈপাক্তা কোংগোন্না তাওখিবগুম মতম খরদি পাগী শক্তিনা নুপাদা অমসুং পীগী শক্তিনা নুপীদা উৎলম্লগা অনিমক্কী হৌরকফম পা অমসুং পীদা তিনগদবনি। মরম অসিনা নুপা অমসুং নুপীগী অপাম নুংশি ব্রাখল অসি পানথোইবা অমসুং পানথোইবীগী শাইওন ঙাক্তনি। প্রকৃতি অমসুং পুরুষকী লীলানি। মহাদেব অমসুং মহাদেবীগী জগোয়নি। য়োংচাবী মনাক্তা লৈবা য়োংপী, য়েত্তুমবু হেক্তা চিংশিননগুম পাগী শক্তিবু পীনা হেক্তা চিংশিনবা মহৌশাগী ওইবা হোংউ য়াদ্রবা নীয়মনি। মরম অসিনা পা অমসুং পীগী শক্তি অসি ফোংদোক্লকপা মতমদা মশাদা লৈরিবা পা অমসুং পীগী শক্তিবু

মশক মুন্না খঙজদুনা শীজীন্নফম খঙনা শীজীন্নজবা ঙমজরবদি পোকচবগী মহৈ য়াল্লবনি। নত্তদুনা পা অমসুং পীগী শক্তিবু থওইদনা মপাল তাইবংগী ঈপাক্তা তাওরুরবদি হৈজিং ফাদনা নোংলৈ নুংশিৎনা হুমদুনা কেনবা হৈরাংগুম অমসুং পোম্লীঙৈদা থদৎতুনা মাঙহনবা লৈরাংগুম পুন্সি অরেম্বদা মাঙদুনা তোকই। চ্যেকশিল্লু নুপাদা বীর্য্যগী মশক ওইনা পাগী শক্তিনা তুংদুনা লৈ অদুগা নুপীদনা রজগী মশক ওইনা তুংদুনা লৈ। রজগী তুংনফমনি হায়বা খঙনবগীদমক্তা নুপীগী মরাইবক্তা সিন্দুর অমসুং বীর্য্যগী মশক্কি খঙনবগীদমক্তা নুপাগী মরাইবক্তা চন্দনগী বিন্দু থিন্নরিবা হিন্দুগী ফজরবা খুদম্নি।

হৌজিক্তি পা অমসুং পীগী শক্তি অসি মতৌ করম শীজীন্নগদগে হায়বগী মরমদা অমুক থিজিনসি। পাগী শক্তি অসি শীজীন্নবা য়ারে হায়বসি মহৌশানা অদুম ইঙ্গিৎ তৌদুনা তাকলকই। মতাং অসিদা শীজীন্নদনা য়োক্তুনা থল্লগা তাইবংপানগী পাগী শক্তি তুংশীন্দুন থম্বা ঙল্লবদি পাগী তুংনফম ওইবা পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা অমসুং তাইবংপানগী মপাগী শক্তি অদু মশাদা তুংদুনা মীথোই মীহেনবা ঙম্মী। নত্রগা মতীক চাবা লৌফমদা নীংথিজনা খোইরগা মতম চানা মরূ হুল্লগা নীংথীজবা অমসুং মপুং ফাবা পাম্বী ওইবগুম চহি মতাং চানা পাগী শক্তিবু নীংথীজনা হকচাংদা য়োক্তুনা থম্লগা হায়বদি য়ামদ্রবদা চহি ২৫।৩০ ফাওবা ব্রহ্মচারী ওইদুনা লেল্লগা ঐনা পীগী শক্তি নীংথীনা লৈরবী ইমান্নবী অমদা পাগী শক্তিবু শীজীন্নদুনা ঐঙোন্দগী হেন্না মশা মউ ফবা অমসুং ঐঙোন্দগী হেন্না বুদ্ধি লৌশিং চঙখোনবা ইহুৎ শিনবা কয়া তাইবঙপান অসিদা থনম্বা ঙমগনি। শীজীন্নদ্রিঙৈ মমাঙদা শক্তি অসি ইশাদা তপ্ন ঈংনা ফাদুনা থম্বা য়ানবগীদমক্তা অশেংবা চিঞ্জাক অমসুং অশেংবা ব্রাখল কয়া শীজীন্নবা তাই। মীওইবগী পুন্সিনা উপাল ওইহল্লগা ব্রাখলনা উপালগী মহৈ ওইন্নবা মহৌশা লাইরেম্বীনা

হোৎনবি হায়বসি কাউফদে। ব্রাখল মপুং ফারবা মী অদুদি মী কৌবা য়াদে। মহাক অদুদি অশেংবা তাইবঙপানগী মপা ওইরবা ঈশ্বরগী মশক্তি। মশক মওং নাইদ্রবা ঈশ্বরনা তাইবংপানগী লীলা শান্নগে হায়দুনা মীওইবগী থম্মোয়দা ব্রাখলগী মশক ওইদুনা থুপ্তুনা লৈরিবনি। অশেংবা মপুং ফারবা, ব্রাখলদগী পোক্লকপা নুংঙাইবদি হকচাং কয়াৎ খুদিংনা অমসুং ইন্দ্রিয়শিংনা নুংঙাইবদগী শরূক লিশিং লিশিং হেল্লি। অদুগুম্বা অশেংবা নুংঙাইবদু ফংগে নীংলবদি পাগী শক্তিবু য়োক্কুনা থমলগা ফংবা ঙমগদৌরিবনি। অরেম্বদা শীজীন্নরগা মতাং চাবা ফংদদুনা মকুদা চাদুনা লেনবা তীল কাঙগুম অরেম্বা পুন্সি ওইগনি। ষণগী মখোমদা কাকফৈ, তীনফানা ফনা চীক্কুনসু ষণগী মখোম চুপ্পা ঙমদে। অদুগা ষন্নাওনা চুপ্পদি শঙ্গোম চুপ্পকপা ঙমলকই। মতৌ অদুগুম্না মপানগী কুয়োমগী নুংঙাইবা অপেনবা থিরিবা মীশিংদো কাকফৈগা পাংখকনি। ষন্নাওগুম মপীদা চঙজদুনা ঐখোয় খ্বাইগী হৌরকফম ঈশ্বরদা অমসুং ঈশ্বরগী অশেংবা য়াথং হায়রবদি থম্মোয়দা চিংনবা লৈতনা ঙাল্লিবা অমসুং কাম য়াওদ্রবা ব্রাখলগী মতেং লৌদুনা পোকচমনগী অমৃত থক্লবা লাক্লগদবনি। অসুম ওইনমক পীগী লীচিং অঙকপনি। লীচিং অসিদগী লাম্থোক্কুনা চৎখিবা তাইবংপান অসিদা য়াম্না তাঙই। পানা পীবু চিংশিল্লি, পীনা পাবু চিংশিল্লি। চিংশিন্দুনসু অশেংবা ব্রাখলনা থিবা ঙমগনি। মরমদি মীওইবা হায়বসি ব্রাখলগী মখা পোল্লিবনি। ইচানুপী অমসুং ইমাদা পীগী শক্তি লৈতবা নত্তে। ইচল ইচেদসু লৈরিবনি। অদুবু ইমা ইচাগী প্রেমনা কামগী ব্রাখল মাঙহল্লি। অমসুং ঙক্লবা লীচিং অদুবু কাম কৌই। কামবু প্রেমনা শুদ্ধৎপা ঙম্মী। লম্বোইবশিংনা নুপী খুদিংমকপু ইমা হায়না কৌনরিবা মরম অসিদগীনি।

নুপীনা নুপাবু পুক্লীং ইরায় লায়না শুক্ষৎলিবসিগী মরম নুপাদা হংবদা নুপা অদুনা খুন্নক্কনি ফজবা, নীংথীজবনা মহাক্কী পুক্লীং শুক্ষৎলিবনি হায়না। অশেংবমক্তি ফজবা, নীংথীজবদনা শুক্ষৎপা নত্তে। ফজবগীদমক খল্লুরবনি নুপানা নুপীদগী হেল্লি। মদুগী খুদমদি উচেক্কী মনুংদা ব্রাহোং ফজরবা, নীংথীজরবা জীবনি। অদুম ওইনমক ব্রাহোং অমোমদগী ব্রাহোং লাবনা শাওং-শাদা, মশক মতৌ পুমহেন হেল্লি। য়েনদসু অদু মণ্ডাই, য়েন্বীদগী য়েন্বানা ফজবা হেল্লি। মখোঙ মরি পানবা শাদসু অদু মণ্ডাই। নোংশা অমোমদগী নোংশা লাবনা ফজবা নীংথীজবা য়াম্না হেল্লি। জীব খুদিংমক্তা য়েংবিয়ু লাবনা অমোমদগী ফজবা য়াম্না হেল্লি। মরম অসিনা ঐখোয়না খণ্ডজদদুনা তৌরিবনি। মীওইবসু নুপানা নুপীদগী ফজবা হেল্লি। অদুম ওইনমক নুপানা নুপীবু পামই। নুপানা নুপাবু পামদে। মরমদি নুপীদা পীগী শক্তি লৈ। পী অদুদি ইমাগী মশক্লি। ঙক্লবা ইমাগী শক্তিনা ঐখোয়বু চিংশিল্লিবনি। ইপাগী বীর্য্যগা ইমাগী রজগা পুল্লগা ইমাগী গর্ভ মনুংদা ঐখোয়গী ইশা অসি শারক্লিবনি। থা তরা নাওপুরক্লিবী ইমাগী হকচাংদগী মচি ওইবা শরূক মখৈ চুপশিন্দুনা চারক্লগা ইশা অসি ওইরক্লিবনি। থা তরানা লোইবা নত্তে। তাইবংপান ফাওরক্লবসু মহাক্কী খোম্লাং অমৃত থক্কুনা চহি কয়ামুক লেল্লক্লিবনি। অদুগুম্বী ইমাগী মশা চাদুনা চাউরকই হায়বা খণ্ডনবা মচাবু ম-মমা-চা=চারকপা হায়না মীতৈরোন্দা কৌরিবনি। অদুগুম্বী নুংশিরবী ইমাগী পুন্সিগী হৌরকফমদি মহৌশা লাইরেম্বীনি। মহৌশা লাইরেম্বীনা ইমাগীসু ইমানি। ইমা মহাক্কী অপুনবদগী তোঙানখিবা নুপীগী মশক্লা তাইবংপান অসিদা নুপাগী সেবা তৌদুনা অঙকপা লীলা শান্নরিবনি। অশেংবা ব্রাখলনা মতৌ অসুম খন্দুনা নুপী খুদিংমকপু মহামায়াগী মশক্লি হায়না খুরুম্বা ঙল্লিবা নুপা অদু অশেংবা জ্ঞান ফংলবনি। ইমা হায়বা ব্রাহৈ অসি পুক্লীং থব্রায় শোক্লা কৌবদা নশাদা লৈবা অমম্বা কামগী ব্রাখল কয়ামুক মাঙগদবনি। মমানা মচাবু নুংশিবা তাইবংপান অসিদা পান্দম্নগদবা অমুক্তা মুন্না খল্লু।

# পুকচেল ফাবা

মীওইবনা থব্রাই পানবা পুন্নমক্কী মকোক্নি। মরমদি মীওইবগী মশাদা ব্রাখল লৌশিংগী শক্তি মপুংফানা ফোঙদোকই। শা ঙাদা অচুম অরান মশক খঙনবা ব্রাখল লৈতে। তৌইগুম্বসুং মহৌশানা লোইনজরক্লবা (Instinct) তি মীদসু, শা ঙাদসু অদুম লৈজে। অদুম ওইনমক মীওইবনা মদুদগী হেনগৎপা ফজবা ব্রাখল লৌশিং ফোঙদোকপা ঙম্মী। শা ঙাদি মহৌশানা মশাদা ফাওরকপা অমসুং মপুক্লীংদা পাল্লকপা ঈথক ইহুনগী মতুংইন্না হেক্তা তৌথোরকই। মবুক লাম্লগা চাগদবগী হেক্তা হোৎনরকপা, তুম্নীংলগা হেক্তা তুম্লকপা ইন্দ্রিগী ময়াই কারক্লগা ঈকাই ঈকী করিমতা য়াওদনা মনীং থুংনবা থবক তৌরকই মখোয়গী মশাদা মশা নুংঙাইনা লেনবা ঙম্নবা অমসুং মশা ঙাকচবা ঙম্নবা শক্তিদি অদুম লৈজে। মচা নুংশিবা খঙই। মহুম শাই য়েক্লবগা লান তৌনে। অপাম্বা অশাওবা, অকিবা, শুক্লৎপা, চাউজনীংবা, মীহৌবনচিংবা পুন্সিগী য়েক্লবা তরুক্তু লাকশিনগে হায়বা ঙমদে। থোকউ থোকউবা থৌদোক্কী মতুং ইন্না মবুক্তা লাকপগী মতুংইন্না থবক তৌরকই মীওইবদি মদু পুন্নমক লাকশীন্দুনা মদুদগী হেন্না ব্রাংবা ব্রাখলনা নুংশিব থৌজাল, অফ-ফত্ত ব্রাখলগী মতেংনা মথক্কী য়েক্লবা তরূক অসিব লাকশীন্দুনা তাইবংপানগী কান্নবা থবক তৌবা ঙম্মী। শাগী ওইজবা কয় থাদোক্তুনা অচুম্বা লন্বীদা চঙশীনবা ঙম্মী। মবুকচেল ফাবা ঙমদ্রবদি মীস শাগা পাংখকনি। মীগী লমচৎকা শাগা খেন্নরিবসি মতাং অসিদনি। মবুকচেল ফাবা ঙমদ্রবা মীগী শাজত্তি নীংথিনা লাক্লিবা শগোলগা অম্মানি তোংলিব মীবু অঙাওবা শগোলনা চিংনিংবা মায়কৈদা কোইচেন চেন্দুনা পুবগুঃ মপুক্লীং ফাবা ঙমদ্রিবা মী অমবু মহাক্কী ইন্দ্রিয়গী মশক ওইরবা শগোলন কোয়চিং চিংদুনা অব্রাবগী মশক ওইরবা নারক্তা থাদৈ। মরম অসিন পুক্লীংনা স্বর্গনি, পুক্লীংনা নরক্নি পুক্লীংদা অফা-অপুন অমসুং পুক্লীংদা অরা

খুভম অনীমক পুন্দুনা লৈ। মায়া সমুদ্রগী ঈপাক্তা তাউদুনা লৈবা ঐখোয়গী পুক্লীংনি। হিনাও শাবা হৈত্রবদি ঈথক ঈরৈ কয়াদা লয়দুনা মমায় চুম্বা ঙমদনা লৈরম্লগা কাইনথংদা হিরাক্লদুনা অরেম্বদা মাঙগদৌবিনি। নুংশিৎ নোংলৈনা কোইলয় লয় কোইতাও তাউদুনা চৎখিগদবগী ব্রাখলনা হিনাও শাদুনা পন্থুংফম য়ৌনা হোন্নবা হোৎনবনা ঐখোয়গী ইথৌদাংনি। মরম অদুনা মশাবু মশানা হোৎনজদুনা চাওখৎপা পাল্লিবা মীনা পুকচেল ফাবা হান্না তমহৌবা তাই। হকচাংগী পাঙ্গল লৈরগতা মীওইবা নত্তে। পুক্লীংগী থৌনাসু মতীক চানা থমদবা য়াদে। মপাঙ্গল কনবা মশা চাউবা শামু অদু মীওইবনা ইরাই লায়না শীজীন্নরি। শামুদা মহুতনা কাতি থাদুনা থৌবগুম মপাঙ্গল কনবা লাকঙম ফাঙমদ্রবা পুক্লীংদু ব্রাখলনা কাতি ওইদুনা থৌবা তাই। পুক্লীংতবু খুদুমচনবা ঙম্লবদি পুম্নমক জয় তৌবা ঙম্লবনি হায়বা পাউরৌ লৈ। মিৎ, নাকোং, নাতোন, উনশা অমসুং লৈয়েংনচিংবা জ্ঞান ইন্দ্রি মঙা অসিনা ব্রা ঙাঙনবা ইন্দ্রি খোঙ, খুৎ ঈশিংথোঙ অমসুং অমাংথোঙনচিংবা থবক তৌনরিবা ইন্দ্রিশিং অসিদগী অমুক হেন্না কুপশীনবা অমসুং লুবা হেল্লি। মথক্তা পনখ্রিবা ইন্দ্রি তরা অসিনা অমুক্কা হেন্না কুপশীনবা অমসুং শক্তি লৈবা হেল্লি। পুক্লীংদা ইন্দ্রি পুম্নমক্কী শক্তি পুম্নমক তুংদুনা লৈরিবনি। থৌরী মতোন অমদা মৈবুন অমা কিরগা উরু উরু লৈবদা মৈরিগী কোঙ্গোয় অমা থোকপগুম পুক্লীংগী মশক মঙান্না ইন্দ্রিশিংদা কোইচঙ চঙদুনা লৈরিবনি। ইন্দ্রিয়শিং অসিনা তৌরিবা পুম্নমক পুক্লীংনা লোইনমক তৌবা ঙম্মী। পুক্লীং য়াওদ্রবদি মখোয়না তৌরিবা পুম্নমক করিমতা তৌদে হায়বা য়াই। খুদমগী মশক ওইনা নঙোন্দা কনাগুম্বা অমনা ঙাঙবা ব্রা তারিঙৈদা নহাক্কী পুক্লীংদা ব্রারী অদুগা মরী লৈনদবা ব্রাখল অমা খল্লকপদা নমাঙদা মীনা ঙাঙলিবদু করিমতা লৌশিন্বা ঙম্মোই। মতৌ অসুম্না ইন্দ্রি পুম্নমক্না তৌরিবা থবক খুদীংমক্তা পুক্লীং হায়বসিনা য়াওদ্রবদা করিমতা তৌদে। পুক্লীংদি

পুম্নমক তৌবা ঙম্মী হায়বগী খুদম্না, নংনা তুমদুনা ফমুংদা লৈরগা নমঙদা উরিবা, তারিবা, খঙলিবা শোক্লিবা অমসুং চারীবা পুম্নমক পুক্নীংতনা তৌরিবনি। পুক্নীং মথন্তনা মনীং মখা তৌনা থবক তৌরিবদু বুদ্ধি (লৌশিং) গী মতেং লৌরিবনি। বুদ্ধিনা অমুক থৱায়দগী মতেং মথং মথং লৌরিবনি। অশেংবমক্তি পুক্নীংদি থৱায়গী খুৎলায়নি। প্রাইভেট সেক্রেটারীগুম্বনি। য়াম্না চোকশিন্না মথক্তা শাসন কন্না পীশিল্লবদি লম পংহেন হেনবা ঙম্লোই। পুক্নীংদা অশেংবা জ্ঞান লৈতে। য়োৎনা মৈদা ইকলুরগা য়োত্তা মৈগী অশাবা চঙলকপগুম বুদ্ধি অমসুং থৱায়দগী লৌশিং পুজরকপনি। ইন্দ্রিশিং অসি লান্মীনি, অদুগা পুক্নীংনা সেনাপতিনি। সেনাপতিগী মশক ওইরবা পুক্নীংবু খুদুম চনবা ঙম্লবদি মহাক্কী মখাদা থবক তৌজবা ঙম্লিবা ইন্দ্রিশিংসু ইরাই লায়না খুদুম চনবা মশানা তাজবনি। অরানবা অমসুং ওক্তবা থবক তৌরবদি পুক্নীংনি। পুক্নীংদা তৌরিবা থবক খুদীংমক বুদ্ধিনা ফৈ ফত্তে হায়বা লেপ্পা ঙম্মী। বুদ্ধিগী মথক্তা অমুক অশেংবা জ্ঞান (চেতনা) না সাক্ষী ওইরিবনি। লোইশঙ অমগী মকোক ওইরিবা শঙলাকপা (অফিসার) অদুনা মখাদা লৈরিবা থবক তৌবশিংবু য়াম্না চোকশিন্না মিৎয়েং চঙলবদি লমহেনবা ঙমদবগুম ঐখোয়গী থম্মোয়দা ফাওরকপা অশেংবা জ্ঞানগী পান্থৈনা পুক্নীংনচিংবা ইন্দ্রিশিংবু চোকশিন্না মিৎয়েং চঙলবদি করিমতা লম হেনবা ঙমলোই। ইন্দ্রি পুম্নমক্তগী শক্তিসু চাউবা অমসুং লমসু হেনবদি পুক্নীংনি। অদু ওইরবদি পক্নীং হায়বসি করিনো হায়বদু থিজিনসি।

পুক্নীং=পুক+নীং। পুক =হকচাং মনুংদা মশক উবা ফংদনা লৈবা অকুপ্পা ৱাখলগী মশক ওইবা শক্তিবু পুক হায়না খঙনৈ। নীং=নীংবা ঙম্লিবা পাঙ্গলবু খঙনৈ। হকচাং মনুংদা থুপ্পুনা লৈরগা নীংবা ঙম্লিবা ঙক্লবা শক্তিগী মপৈ অদুবু পুক্নীং কৌই। মপাল থোংদগী ইন্দ্রিশিংনা পুশিল্লক্লিবা ৱাখল কয়ামুক মহাক্লা তৌগে নীংলবদি হেক্তা ইরাই লায়না তৌবা ঙম্মী।

মহাক্লা হান্না খঙলগা কোন্না থোপ্তা হুকুম পীরগা ইন্দ্রিশিংনা অমুক থবক অদু পাঙথোক্লিবনি। তৌগদৌরিবা থবকশিং অদু মথক্তা লৈরিবা অচৌবশিংবু করিমতা তান্নরমদনা তৌবা ঙম্বা শক্তি লৈ। মহাক্লা তৌগদৌরিবা অরানবা কয়া তোয়না তৌদুনা হৈনখ্রবদি মীওইবগী য়েক্লবগী মশক ওইরবা ফত্তবা শাজৎ ওইরকই। পুক্লীংদি মহৌশানা তুরেলগী ঈচেলনা অনেম্বা মায়কৈদা চেন্থবগুম অতোনবা থবক্তা তৌগে থৌরাংই। মীওইবদি মানা মানা নীংলিবা ব্রাখল কয়া চুমথোক্কদবা মফমদি পুক্লীংদনি। পুক্লীংনা অরানবা হেক তৌনীংঙকপা থবক খুদিংমক ব্রাখলগী মতুং ইনবনি। অশেংবা ব্রাখলনা পুক্লীংবু কয়া ব্রারক্লগা অমোৎপা ঈশিংদা ফিটকিরি থাদরগা অমোৎপা মখৈ মখাদা ফমখিবগুম অশেংবা ব্রাখল কয়া খঞ্জিল্লগা পুক্লীংগী অমোৎপা কয়াসু লুরকই। মীওইবগী পুকচেল অসি যোগ শাস্ত্রগী মতুংইন্না ফিভম মঙাখক লৈ।

মদুদি ঃ-

(১) ইথক থকপা—ইশানা নীংজবগী মতুং ইন্না থবক তৌবা ঙমজদবা।

(২) ইঙক ঙকপা—করিগুম্বা হিরম অমদা শুস্কৎখিদুনা তৌগদবা মখৈ ইকাউ কাউবা।

(৩) ইপোম নাইবা—ঙাইহাক অমুক ইথক থক্কৎলুবা ঙাইহাক অমুক হেক ঈংথরকপা।

(৪) চনীং তাবা—পুক্লীং ফাজিল্লক্কুনা ইচোই চোইখ্রিবা পুক্লীংগী মশেক ময়াম অদু শুপচিল্লক্কুনা পুনশিল্লগা ব্রাখল অমত্তা ওইনা খল্লকপা ঙম্বা।

(৫) খোয়জঙবা—পুক্লীংবু ঈথক ইহুল অমত্তা লৈহন্দনা পুক্লীংবু ফিঙম অমত্তা হোংহন্দনা থম্বা।

মঙা অসিগী মনুংদা নং ৪ অমসুং ৫ শুবা অসিদি য়াম্না চ্যেকশিন্না হোৎনরক্লগা য়ৌরকপা ঙম্লকই। অয়াম্বা মীদি মথক্কী অহানবা অনিশুবা অমসুং অহুমশুবগী ফিভম অসিদা লৈবা ঙাক্তনি। অকোনবগী ফিভম অনি অসি য়ৌরক্লবা মীদুগী ব্রাখল ঈথক ঈপোম নাইদ্রবা লুরবা পুত্রিগী ঈপাক্তা পূর্ণিমাগী থানা মমি তাবগুম আত্মা-জ্ঞান (অশেংবা ব্রাখল) না তরু তরু তাদুনা লৈ। মরম অদুনা ঈংথনা অরু অরুবা ব্রাখল অদু ফাওহনবা ঙম্মী। পুক্লীংগী ফিভম মঙা অসি নত্তনা পুক্লীংগী ঈথক ঈহুনগী মনুং চনবা মীওইবগী য়েক্লবা কয়ামুক লৈরি। মখোয়দুগী মমিংদি অপাম্বা, অশাওবা, মীহৌবা, শুম্মাৎপা, ময়াই কাবা, চাউজনীংবা, চাং নাইদবা, খোয়রাঙবা, পুকচেল খোয়বা অমসুং ব্রারেম ঙাঙবনিংবা। রামায়ন্দা সতী সীতাবু মকোক তরা পানবা রাবন্না নমদুনা ফাদুনা পুখিবগুম থব্রায়গী লোয়নবী পুক্লীং সীতাবু মথক্কী য়েক্লবা তরাসিনা ফাদুনা মপান তাইবংগী ঈরাংদা নমদুনা লুপহল্লি। রাম কায়নবগী মৈচাক্লা ব্রারবা সীতানা তেংথাবগুম শান্তি কায়নরবা পুক্লীংনা মপান তাইবংগী ঈথক ইরাঙদা করিমত্তা পেনবা ঙমদে। মতম চুপ্পদা পোথাবা ফংদে। থৌনা লৈরবা রামচন্দ্রনা য়োং তেঙ্গোল পুরক্লগা সমুদ্রদা থোং শারগা মকোক তরা পানবা রাবণবু হাত্তুনা সীতাবু কনবগুম অশেংবা শান্তিগী মশক ওইরবা আত্মা-জ্ঞান্না মীনম্বা পুক্লীংগী য়েক্লবা বৃত্তি তরাবু জয় তৌদুনা অব্রাবদা তারুরবা পুক্লীং সীতাবু অমুক হন্না শান্তি ফংহল্লি। তৌইগুম্বসুং লমহেনবা হিংচাবগী মশক ওইরবা পুক্লীংগী য়েক্লবশিং অসি খুদুম চনবা অরায়বা থবক্তি নত্তে। নুংশিৎপু ফাজীন্দুনা থম্বদা ব্রাবগুম পুক্লীংসু ফাজীনবা ব্রায়, তৌইগুম্বসুং ওইজবা থাদোকপা অমসুং হন্না হন্না ঔরাইবনা ফাজীনবা ঙম্লকই।

# অপাম্বা

পুক্লীংগী য়েক্লবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না লাকন শাথিবদি অপাম্বনি। অপাম্ববু সংস্কৃত লোন্দা "কাম" কৌই। অপাম্ববু অয়াম্বনা মীনা শেরান্ননা নুংশিবা হায়নসু থোক্লি। অপাম্বগা নুংশিবগা আকাশ পাতাল খেন্নবগুম খেন্নে। ইশাগী ওইজবা য়াওদ্রবা, ইন্দ্রিশিংগী নুংঙাইবা থিদ্রবা মতমদা লুনা নীংফম থোক্কুনা নীংলবা অদুগী মমিং নুংশিবা (প্রেম) কৌই। নুংশিবদি থব্রায়দগী হৌরকপনি, পুক্লীংগী মখা পোন্দে। অদুগা অপাম্বদি পুক্লীংদগী পোকপনি। অপাম্বগী হৌরকফমদি ব্রাখলদগীনি। ব্রাখলগী মতুংইন্না ইন্দ্রি পুম্নমক অসিসু নুংঙাইবগী মহাও অদু লৌশীল্লী। অহানবদা ইন্দ্রিশিংগী নুংঙাইনবা হিরম (বিষয়) ময়াম খঞ্জিল্লুবদগী পুক্লীংদা অপাম্বা পোক্লকই। অপাম্বা পোৎ অদু ফংনবা কন্না হোৎনরকপদা অকায়বা লাক্কুনা ফংদ্রগা শাউরকই। শাউরবা মতম অদুদা পুক্লীং অসি ইঙক ঙক্লকই। ঙক্লবগী তুংদা কাউরকই। কাউরগা লৌশিং মাঙলকই। লৌশিংবু মাঙলবা মী অদুদি পুম্মাঙ মাঙলবনি (গীতা)। মথক্তসু তাকচপ্রে মদুদি—মীওইবা হায়বসি মহাক মহাক্লা নীংলুরিবা ব্রাখল অদুগী মতুং ইনবনি। ব্রাখল তরু তরু থম্বা ঙমলক্তবা মতমদা পুক্লীংনচিংবা ইন্দ্রি পুম্নমকসু ফিভম য়াম্না থিনা কায়থরকই। মরম অদুনা অপাম্ববু খুদুম চনগে হায়রবদি ব্রাখল অসি তরু তরু থমগদবনি। পোৎশক অমত্তদা ব্রাখল তিন্নদবদগী মীৎয়েংসু তোঙান তোঙাল্লি। খুদমগী মশক ওইনা লক্ষ্মাংদা নীংথিজরবী মথোৎ কারক্লবী লৈশাবী অমা লেপ্তুনা লৈবা উরগা পাখং অমনা ইখঙ খঙহৌদনা মপুক্লীংদা অপাম নুংশিগী ঈথক হৌরক্লনি। অদুগা লৈশাবীদো কৈ লাবা অমগী মমিত্তদি য়াম্না হাওরমগদবা চীঞ্জাক অমা ওইনা উগনি অদুগা শজিগুম্বা কিগনবা শা অমনা লৈশাবী অদুবু উরগা খংদুনা য়াম্না লাপ্না চেনখিনি। হনুবী অমনা উরগা মশু-মচাগুম্না নুংশিবা পোক্লনি। মবুকচেল ফাবা ঙমব্রবা

যোগী অমগী মমিত্তনা নীংথিজরবী অমসুং নুপী অদুবু প্রকৃতি (মহৌশা লাইরেম্বী) গী ৱাখল পোক্লক্তুনা মহাক্কী থম্মোয়দা ঈশ্বরগী প্রেমগী ইথক হৌরক্কনি। পুক্লীংগী অপাম্বনা অশেংবা ৱাখলবু মৈথুনা মৈবু কুপ্তুনা থম্বগুম কুপশীন্দুনা লৈ অপাম্ববু খুদুম চনব ঙমলবদি অশেংবা জ্ঞান অদু মথন্তা নুমিৎনা আকাশতা নোং লৈত্রবা মতমদা ঙাল্লকপগুম ঙাম্থোকচরকই। অসিগুম্বা লাকঙম ফাঙমদ্রবা অপাম্বা অসি পুক্লীংদা থুপ্তুনা লৈবা শ্বাইদগী হেন্না তমথিরবা য়েক্লবনি। অপাম্ববু মাঙশ্রবদি মখাগী অতে হায়বদি অশাউবা, মীহৌবা কল্লকপা, চাউজনীংবা শুদ্ধৎপনচিংবা পুম্নমক মরু ফুকশ্রবা উপালগুম মথং মথং মাঙজরকই। সংসারদা অসি য়ৌনা শৎন-চৈনরিবা অমসুং লাঞ্জাও থোক্লিবা পুম্নমক অসিগী হৌরকফমদি অপাম্বদগী হৌরকপা ঙাক্তনি। অপাম্বা পুম্নমক্তগী মী খুদীংমক্কী থম্মোয়দা চেনগদবা অপাম্বদি নুপানা নুপীবু পাম্বা অমসুং নুপীনা নুপাবু পাম্বা অনিশুবদা সনা লুপানচিংবা লম, অহুমশুবদা মিংচৎ অসিনা মকোক্লি। তৌইগুম্বসুং ধর্ম্মগা হায়বদি অশেংবা ৱাখলগা মরী লৈনবা অপাম্বদি মীওইবগী য়েক্লবা নত্তে। তৌফম থোকপা ইথৌগী মনুং চনবনি।

—(গীতা)।

লুহোংদ্রিবা পাখং অমগী পুক্লীংদা নুপী অমগী ৱাখলনা খুদুম চনশ্রগা অয়াম্বা মতমদা পোখাফম খঙদে। মীওইবগী নুংঙাইবা হায়বদু নুপী নুপা অনিগী মরক্তা লৈরিবা অপাম নুংশিগী ৱাখল অসিতনি হায়না খল্লি। অশেংবমক্তি ইন্দ্রিগা মরী লৈনবা অসিদি অশেংবা নুংঙাইবদি নত্তে। নুংঙাইবসি চাউরাক্লা মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি ঃ- অহানবদদি য়াম্লা ৱারম্লগা মমৈদা অমৃতগুম্লা থম্মোয়দা অপেনবা পোক্লকপা অশেংবা জ্ঞানদগী পোকপা নুংঙাইবা অমা। অনিশুবদা অহানবদদি অমৃতগী মশক্লুম্লা নুংঙাইবগী মশক ওইরমলগা মমৈদা হু ওল্লকপা অমা। খুদমগী মশক

ওইন পাখং অমনা নুপী অমগী ব্রাখলনা মহাত্তবু ফংলবদি লোইরে খঙ্গদুনা লৌরুরগা মচা মশু পোক্তুনা অমসুং নারক য়েক্রক্তুনা মশাদা য়াম্না ব্রাইচিনবা পোকশিল্লকপগী অব্রা নুংঙাই অনি য়ান্নবা অমা। অমনা অহৌবদগী রোইবা ফাওবা মপুক্লীং অমসুং ব্রাখল অদু ইপঙ পঙথদুনা অচুম-অরান করিমত্তা খঙদনা লৈবা অমা। খুদমগী মশক ওইনা য়ু, কানি, চাঙ্গানচিংবা থক্তুনা মশাবু অমম্বা সুংসার অমদা পুশিন্দুনা ইপঙ পঙথহনবগী নুংঙাইবা। হায়রিবা অহম অসিমক নুংঙাইবা পুম্নমক্কী তুংনফম্নি। নুপীগী ব্রাখলদা নুংঙাইরিবা অসিগী মনুংদা করি নুংঙাইবা লৈবগে হায়বসি থিজিনসি। ঐখোয়না মতম চুপ্পদা হকচাং অসি ঐখোয়মক্কি হায়না লৌই। অশেংবমক্তি হকচাংদি ঐখোয় নত্তে। হকচাংগী মরম মুন্না খঙলবা পণ্ডিতশিংনা মতৌ অসুম্ন লেপ্পী। মীওইবগী ব্রাখল অসি থোপ্তা থুপ্তুন লৈ থোপুগী ব্রাখলগী ঈচেন্না শিংলিদা লাক্তুনা হকচাং পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈ। তৌইগুম্বসুং মরু মরুওইবা ইন্দ্রিশিংদা থোইদোক হেন্দোক্লা ব্রাখলগী ঈচেল পুবা শিংলি তোঙান তোঙান্না মথৌ অমমম পাঙথোক্তুনা লৈ। তাবা শোকপা উবা, মনম লৌবা, মনম লৌবা অমসুং মনম খঙলিবা পুম্নমক শীংলিগী মতেংনা ওইবা ঙাক্তনি। শিংলি অসি চাউরাক্লা অনিথোক্লা হকচাংদা লৈ। অমনা মপানগী পোত্তগী লৌশিললকপা জ্ঞান অদু থোপ তান্না পুরকপা অমা। কাঙবু অমনা পুক্লীংনা থোপ্তা থৌদারগা থোপ্তা ব্রাখল অদু শিংলিশিংদা লাক্তুনা ইন্দ্রিশিংদা থবক পাঙথোকহল্লকপা অমা। অনি অসিদা অব্রা অনা কাওরক্কপগী মতুংইন্না ব্রাখলদা মীওইবগী অব্রা অনা নচিংবা খঙবা ঙমলিবনি। অদুনদি মপাম্ব্রোংগী অব্রা অনা লৈরিবা পুম্নমক অসি শিংলিগী ফিভম ঙাক্তনি হায়বদা করিসু লানফম লৈতে। মীওইবগী পুক্সিদা ব্রাখল হায়বসিনা খ্বাইদগী মকোক্নি। ব্রাখলদগী ফংবা নুংঙাইবদু অশেংবা নুংঙাইবনি। অতৈদি অরেম্বা নুংঙাইবা ঙাক্তনি। মহাত্মা গান্ধীজীনা

হায়রম্মী—“হকচাং অসি ঈশ্বরগী মন্দিরনি।” মন্দিরনি হায়বা ৱাখল অসি খঞ্জবা ওন্নবদি পুক্লিংদা শান্তি ফংবা ঙমগনি। নত্তদুনা কাম ভোগ তৌনফম্নি হায়না খল্লুবনদি করিসু নুংঙাইফম লৈ: ত ঈ শরু, শাদোং, থী, য়ুংগী তুংনফম্নি হায়বদা করি চিংনফম লৈবগে? হকচাংদগী থোরকপা থী, য়ুং, হুমাং অসি খঞ্জিল্লুরবদি ওনীংবা পোকই। হোন্দোক হোঞ্জিন তৌরিবা শ্বর অসিমক ফাওবা তুক্কচফমগী মশক্তি। মীওইবনা য়াম্না ৱানা হোৎনরগা অমোৎ অকায়গী মশক ওইরবা হকচাং অসিদগী মুক্তি ফংবা ঙম্মী। হকচাং অসিগীদমক্তা ফত্তবা লমচৎ, হুরানবা, চিন্থিবা, ওক্তবা থবক কয়া কয়া তৌরিবদো মুন্না খঞ্জিল্লুরবদি থৱায়গী করিমত্ত কান্নবা তৌদ্রবনি। হকচাং অসিবু ঐখোয়মক্তি হায়না লৌবা য়াদে। ঐখোয়মক নত্রগা ঐগীমক ওইরবদি নারক্কনু অমসুং অহল ওইশিল্লক্কনু হায়বা য়াগদবনি।

হিন্দুগী শাস্ত্র, খৃষ্টানগী বাইবল অমসুং মুসলমানগী কোরাণনচিংবা লাইরিক্তা মীওইবগী হকচাং অসি থৱায়গী য়ুম্নি হায়না তাক্লিবনি। মী অদুনা মশাদা ঈশ্বর লৈ হায়বসি কাউথোক্তনা অমাংবা ৱাখলগী মখা পোন্দুনা ইন্দ্রি লাকশিনবা ঙমদ্রবদি মহাক্কী থম্মোয়দা শৈয়তান চোংশিন্দুনা অরেম্বদা মপুন্সি মাঙহল্লি। নখোয় খুদিংমক বুদ্ধদেবগী ৱারী খঙলিগনি। মহাক্কী মমিত্তা নুপীগী ফজবা পুম্নমক ৱাখলগী মৈনা চাকথেকখিদুনা ইরাই লায়না সংসার থাদোকপা ঙমখিবনি। তুলসীদাসকী পুন্সিগী ৱারীদা মহাক্কা অহানবগী কবিতা ইরকপদা মতুগী ফজবা শকওং উরগা “দিন-রাত চমককে মেরে চাঁদণী”—অকাশকী থাদি অহিংতদ ঙাল্লি ঐগী থম্মোয়গী থাদি অহিং নুংথিল অনিমক্তা ঙাল্লি হায়না হৌদুনা ইরম্মী। মমৈদা অশেংবা জ্ঞান্না ঙাল্লক্লবা মতমদা মীনম্বা কলপ্নাগী শকওং অদু পুমকায় কায়রম্মী। “দিনমে মোহিনী রাতমে বাঘিনী, পলক পলক লাহু চোষে। দুনিয়া সব বাউরা হোকে ঘর ঘর বাঘিনী পোষে।” অয়ুক নুংথিন্দা শুক্কৎনবগী মশক ওইবী; অহিংদনা

অমোম ওইবী মীকুপ খুদিংদা ঈ চুপ্পী। মী খুদিংমক্সা ঙাওরদুনা য়ুম য়ুম খুদিংদা কৈ নিংঙোল য়োকই। ফজবা নুপী অমা উদুনা মপুক্লীংদা ঈথক ইরাং হৌরক্লগা পামশিনবা পোক্তনবা অসুম্না মথন্তা হায়জরম্মী ঃ- "জৈসে পুতলী কাঠকো পুতলী নাসময় নারী"। অস্থি নাররী মল মুত্রমর যস্ত্রিত নিন্দিত ভারি। উনা শাবগুম্বী লাইফদিবী, শাদোং, শরূ, শিংলি, থী, য়ুং, তীল কাঙনা থল্লবা তুক্কচনফম ওইরবা নুপীগী শকফম্না ব্রাখল লৈতবা মীশিংবু শুদ্ধত্তুনা থম্মী।

মথক্তসু হায়জগ্রে। ব্রাখলনা খ্বাইদগী মকোক্লি, ব্রাখলগী মতুংইন্না ইন্দ্রিশিং অসিসু ময়াই কারকই। ইন্দ্রিশিং অসি ময়াই কাহল্লোই হায়রবদি ইহান হানবদা চ্যেকশিনগদবদি চীঞ্জাক্লি। লৈ- দবু খুদুম চনবা ঙম্লবদি পুম্নমক খুদুম চল্লবনি। চীঞ্জাক্কা পুক্লীংগা খ্বাইদগী হেন্না মরী লৈনৈ। চীঞ্জাক্কী ব্রাদি মতাং চানা মমৈদা ইজরক্কে। অনিসুবদা হকচাংগী বিকার পোক্তনবা হোৎনবা হায়বদি বীর্যাগী লম্বেল ওইবা ঈশিং থোঙ অসি ফিভম হোংদনা থল্লগা উপায় থীজিনবা। অহুমশুবদা মতম চুপ্পদা কৌপিন (লেংঙোটা) শীজীন্নবা। মরিশুবদা তুম্লমদাইদা ঈশিং অঈংবনা মায় তাথোকপা অমসুং ঈশিং থোঙ অসি ঈংহনবা মঙাশুবদা পুক্লীংদা অকাম্বা অমসুং অমোৎপা ব্রাখল চঙলকপা ঙমদনবগীদমক্তা ইমা নত্রগা গুরুনচিংবা ইশাদা মহাক্কী ফিদম লৌবা ঙম্বা অমগী মশক লাকশিন্দুনা মঙোন্দা লৈবা নীংথিজবা শাজৎ পুকচেল-খোইজেনশিং অদু ধ্যান তৌবা। তরুকশুবদা মতম চুপ্পদা থবক চিন্দুনতা লৈনবা হোৎনবা। তরেৎশুবদা পুক্লীং থব্রায় শোক্লা ঈশ্বরদা ব্রহ্মচারী ওইবা ঙমহনবীয়ু হায়না অয়ুক নুংদাংব্রাই ১সুং তুম্লমদাই খুদিংদা খুরুমজবা নিপালশুবদা মতম কক্লা গীতা, মহাভারত, রামায়ন্নচিংবা ধর্ম্মগী লাইরিক চাং নাইনা পাবা।

মতম চুপ্পদা কাউরোইদবা ঃ—

(১) ব্রহ্মচর্য্য ঙাক্তুনা পুন্সি অসিদা ঙম্বমখৈ শক্তি পুম্নমক তানশিনগনি।

(২) কৈদৌঙৈদসু কামনা মায়থীবা পীহল্লোই। নুপাথোক্লা পুন্সিগী য়েক্লবা, অপাম্বা জয় তৌনবা হোৎনগদবনি।

(৩) বীর্য্যগী শক্তি মপুং ফাহল্লগা পুক্লীং হকচাং অমসুং ৱাখল চাওখৎহনগনি অমসুং তুংগী পুন্সিগী শরুক তম্খায় য়ারগদৌবী অদুগীদমক্তা অমদি ঐঙোন্দগী হেন্না থৌনাফবা, মরিল লৈবা, বুদ্ধি লৌশিং চঙখোনবা ইচা পোক্লবগীদমক্তা বীর্য্য নীংথিনা য়োক্কদবনি।

(৪) মতমগী অরেপ্পা লৈতে। ঙসি নুংঙাইখিবদুনা মতম চুপ্পদা নুংঙাইদুনা লৈয়ু হায়বা য়াদে। তুংদা হেন্না ৱারকই। থিগদবদি অরেপ্পা নুংঙাইবনি।

(৫) ঐখোয়বু শেম্বীরকপা ঈশ্বরগী য়াথংদি মহাক্কী সৃষ্টি অসি চাওখৎনবা হোৎনবনি। ঈশাগীসু মদু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা শরুক লৈ। মদু পাঙথোক্লবা হোৎনবদা হায়বদি পুম্নমক্কী সেবা তৌরম্বনা ঐগী অথোইবা ইথৌনি।

(৬) শোয়দনা নোংমদি শিগনি। শিদ্রিঙৈদা ইশক খঙজবনা (আত্মা জ্ঞান—Self realisation) ফংনবা হোৎনবনা পুন্সিগী মরু ওইবা থবক্তি (উদ্দেশ্যনি)।

(৭) নুমিৎ খুদিংগী ঈশা চাওখৎনবা করি হোৎনগদগে হায়বা য়েংশিনবনা চাবা তুম্বদগী হেন্না কায়বা য়াদ্রবা ইথৌনি।

(৮) শিখিবা কয়া য়াওখ্রে, পোল্লকপা কয়াসু য়াওরি। শিবা অমসুং পোকপগীদমক্তা কনানা কনাগীদমক কয়া কুইনা ব্রাবিবগে? "ইথন্তনা ইথন্তগী মরূপনি। ইথন্তনা ইথন্তগী য়েক্লবনি। ইশানা ইন্দ্রিশিংবু জয় তৌবা ঙম্লগা মরূপনি। ঙমদ্রগা ইশানা ইশাগী য়েক্লবনি।"

---

## অশাওবা

অপাম্বা পোৎ তানবা ফংদ্রগা নত্রগা লৈরম্বদগী কায়নরগা অশাওবা পোল্লকই। অশাওবগা মান্নবা মীওইবগী অতৈ য়েক্লবা লৈতে। শাওরল্লগা ব্রাখল লৌশিং পুম্নমক মাঙলকই। তৌহে- তৌহেদবা থবক কয়া খঙহৌদনা তৌথোরকই। শাগুম্না লমচৎ শাজৎ কায়থরকই। শাউগৎলক্লিবা মী অমগী মায়থোং য়েংলগা পুক্লীংদা খঙহৌদনা নুংঙাইতবা অমা পোকহল্লি। শাউরকপা মতমদা মিত্তা ঈ কারকপনা ইঙাঙ ঙাঙই। চীনবান চোংলকই। শ্বর কুইনা কুইনা হোল্লকই। নাতোন চাউথোক্লকই। থম্মোয়গী মিহুন থং-থং লাউনা হল্লকই। হকচাং থক-থক নিক্লকই। ইশাগী অমসুং অতোপ্পগী করি মাঙগদগে হায়বা ব্রাখল অদু পুমকাউ কাউশিল্লকই। লায়য়েংবগী মরমদা য়াম্না থিজিল্লবা নোংপোক অমসুং নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা হায়রি, মদুদি ঃ- শারৈহৌবা, অঙাওবা, ব্রাম্বুবা, নাতোন্দগী অমসুং থবাক্তগী ঈ হাথবা, ঈ ওবা, মঙঙাক্লবনচিংবা লায়য়েংবদা ব্রারবা লায়নাশিং অসি শাউগনবা মীদা পল্লকই। শিংলি শোনবা, মশা চোকথবা, পুন্সি তেনবা মাঙনবগী মশক ওইবা লায়না কয়া শাউরল্লগা পোল্লকই। "অশোনবা মীদি অশাওবগী শাদোংনি" হায়না পাওরৌ ওইনা শীজিন্নে। অশাওবা নুংঙাইতবদগী ইখঙ খঙহৌদনা য়াম্না থুনা মহৌশা লৈরম্বা ফিভমদগী হোং

লকই হায়বসি অয়াম্বগী মশা মশাদা ফাওনবা ঙাক্তনি। ব্বারী ওইনা ইং শোক ১৯৪৮ দা থোকখিবা জর্ম্মনগী লাঞ্জাও দা লাল লোইরদুনা হন্নরকপদা মচা মব্বা হল্লকপা ওক্কে হায়দুনা হিথাংফমদা ঙাইদুনা লৈবী নুপী কয়ানা শিথ্রে হায়বা পাউ তাবদা ইখঙ খঙহৌদনা মকোক্তা পোক হৌখি অমসুং মথাদা কোন্দুনা মচা খোম পীথকপা কয়া শাউনীংলিঙৈ মতম ওইবনা মশাদা হু কারক্তুনা মচা শিখিবা য়াওখি। অশাউবা খুদিংগী হকচাংগী তীং (জীবনী শক্তি) অথোই অহেন নাইনা শোকই। শিংলি শোষ্টে। মরম অসিনা ঙম্বমখৈ হিরম খুদিংমক্তা শাউদনবা হোৎনগদবনি। অশাউববু খুদুম চনবা মী অদুদি মী পুম্নমক্কী মরূপ ওইবা ঙস্মী অমসুং মী খুদিংমক্লা মহাকপু কিদবা, হঙ্গোইদবা ঙমদে। শাউবা তারবদি ইথম্ভা ইশাগী অরানবা কয়াদা শাওগদবনি, অমসুং থুনা চুমথোক্লবা হোৎনগদবনি। ইশাগী অশাউবদা শাউদুনা হান্নগী অশাউবা খুদুম চনবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি। অশাউববু নীংথিনা খুদুম চল্লগা থম্মোয়দি য়ৌহন্দনা থবক পাঙথোকপা য়ানববা শাউশিন্নবদি অশাউবা কৌদে। মদুগুম্বা অশাউবা অদুদি অদুক হাক্লা হকচাংগী তীং শোক্তে। শাউবা খুদুম চন্নবা পাম্বে মখাদা তাক্লি।

(১) হেক শাউনীংলকপগা অশাউববু জয় তৌরগা কান্নগদৌবা কয়া হন্না হন্না পুক্নীংদা ব্বাখল তৌরগা শাউফরোই হায়না খন্দুনা পুক্নীং ফাজিন্নবা হোৎনবা। শাইরক্কদবা হিরম কয়াদগী থাপ্লা লৈনবা হোৎনবা।

(২) পুক্নীংদা অশাউবা কুইনা লৈতনবা হোৎনবা। অদুম তৌরবদি অশাউবা ঈথক অদু মথম্ভা অদুম নমথজখি। বাইবলদা ফজরবা পাউতাক অইবা লৈ—“Let not sun go down upon you worth” —নঙনা শাউরিঙৈদা নুমিৎ তাহনখিনু। অশাউবনা অশাউববু কৈদৌঙৈদসু জয় তৌবা ঙমদে হায়বসি নঙনা খক কাউরোইদবদি।

(৩) কনাগুম্বা অমগী মফমদা ঐনা ইরাল লান্না শাউরুরবদি শাউবা ফরক্লবগী তুংদা মঙোন্দা চত্তুনা ইশাগী অরানবা ঙাকপীয়ু হায়না হায়জরুরবদি তুংদা অশাউবনা ঐবু খুদুম পাক চনবা ঙমদে অয়াম্বা মীনা মঙোন্দগী হেন্না তোনবা মীনি হায়না খন্দুনা মচা মনাইদা কয়া শাউই; চৈ থাংই। তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগী মিৎয়েংদদি মী খুদিংমক চপ মান্নরিবনি। ঙসি ঐগী ইখোঙ পায়রম্বা মী অদুনা হয়েং অমুক মহাক্কী অমুক পায়রোই হায়নীংঙাই লৈতে।

(৪) ইশাগী ইরাল ইশানা মুন্না খন্দুনা মশক খঙলগা মদু অমুক তৌরোই হায়দুনা চে অমদা ইরগা থেত্তুনা থম্বা য়াম্না কান্নে।

(৫) শাউনীংলকপা মতমদা মিংশেল য়েংবা অশাউবা কোক্লবা অরাইবা পাম্বে অমনি।

(৬) শাউনীংলকপা মতমদা ঈশ্বরগী নাম শোনবা নত্রগা অমদগী চামা ফাওবা মশীং থীবা।

(৭) শাউনীংলদপা মতমদা তুমীন্না ফমদুনা লৈরবসু অশাউবগী ঈথক অসি মথন্তা নেমজখি।

(৮) অশাউবা জয় তৌগে হায়রবদি রাজসিক ওইবা চিঞ্জাক হায়বদি মোরোক, ইরোম্বা, য়ু, গঞ্জা, চুরুট, তিলহৌ চনম্নচিংবা, শা, ঙা চাবা থাদোকপা তাই। চিঞ্জাক্কা পুক্লীংগা মরী য়াম্না লৈনৈ। মদুগী মরম মুন্না খঙগে হায়রবদি ঐনা ইজবা চিঞ্জাক অহানবা অমসুং অনিশুবা শরুক পাবিয়ু।

---

# মীহৌবা

মীহৌবগী হৌরকফমদি পুকচেল পীকপা অমসুং মশাগী ওইজবা পান্বদগীনি। অতোপ্পনা চাওখৎপা উরগা মহাকসু হোৎনদুনা চাওখৎনবা হোৎনগেদি হায়দ্রদুনা চাওখৎলিবা মী অদুবু তাথীবা হৌই। মঙোন্দগী হেনগ্রে হায়না মপুক্লীংদা খোইরাং খোইশাওবনা পোত্থাফম খঙদ্রবা মী অদুনা মী অদুগী মাঙনবা খল্লুবা, নুংশিরুদবা অমসুং মহাকপু হুনবা অসি মবুকচেল পীকপা মীগী শাজৎনি। লম, মিংচৎ, নুপীনচিংবা মীহৌরুরগা মদুতা খন্দুনা পুক্লীং অসি পোত্থাফম খঙদে। ঐনা ফংনীংবা পোত্তু ফংদ্রগা অতোপ্পনদি ফংথ্রগা পুক্লীংসি পোত্থাফম খঙদদুনা অশেংবা অতপ্পা ব্রাখল থম্বা ঙম্লক্তে। মতম অদুদা ঈকাই ঈকী থাদোক্তুনা শেরান তুরানবা ইশাগী মাঙগদবা থবক কয়ামুক তৌরকই। ঐনা পামলুবা পোৎ অদুনা ঐগী পুক্লীংবু খুদুম চনস্ত্রবনি হায়বসিমক ফাওবা কাউরকই। ঐনা পামলুরিবা পোৎ অদুগা মরী লৈনবা মী পোৎ-চৈ অদু ফাওবনা ঐগী পুক্লীংবু ইরায় লায়না চিংখি। অশেংবমক্তি মীহৌবা অমসুং অপাম্বা হায়বসি মচিন মনাওনি। মী অমগী পুন্সিগী মমল য়াম্লবা ব্রাখলবু অনি অসিনা উত্তা ঘী হৈজিনবগুম অরেম্বদা মাঙহল্লি। মীহৌরিবা পোৎ অদু করিনো? করিগীদমক ঐনা মীহৌরিবনো হায়বদু মুন্না ব্রাখল তৌরগা অশেংবা ব্রাখলগী ঈচেল অদুগী মতুং ইন্না থবক্তা ওস্থোকপা ঙম্মবা হোৎনরবদি মমায় চুম্বা ঈচেলগা লোয়ননা হোনবা হিগুম্না পুন্সিগী লমথুংফম থুনা য়ৌগদৌরিবনি। অনিশুরকপদা ঐনা মীহৌরিবা পোৎ অমসুং মী অদুদগী থাপ্না লৈনবা হোৎনগদবনি। অদুগী মহুত্তা ইশাদা লৈবা অব্রাৎপা গুণ অদু ঙস্বমখৈ তানশিন্দুনা ইশানা ইশাবু চাওখৎনবা হোৎনগদবনি। চাবা, শেৎপা, তুম্বা হায়বসি ঈশ্বরনা মী অমসুং জীব খুদিংমক্কী শরুক চপ মান্নরা থুংলিবনি। পুক্লীংদা পেনবা হৈরবদি অমসুং অরানবা ব্রাখল মাঙখ্রবদি পুক্লীংদা পেনবা ঙম্লকই। ঈনাক-কৈরাক খুল্লবা,

মফম চাউনা নাইরবা মী অমনা ঈনাক খুল্লবনি হায়দুনা মী খ্বাইনা চেঙ মেরুক অমা চাবা মফমদা চেঙ মেরুক অহুম চাবা ঙম্বা হৌনদে। কালেনগী নুংশানা মঙোন্দা শারোই অমসুং নিংথমথাগী উন্না মঙোন্দা ঈংলোই করিসু হায়নীংঙাই লৈতে। মীচম্না শীজিন্নদবা য়াদ্রবা পোৎচঙ খরদা মপান্থোংদা মখোয়না হেনগ্রবসু মনুংদদি করিমতা হেনবা নত্তে। হেন্না লৈরিবা, ফজনা শেৎলিবা, হাউনা চারিবা মখোয়দুনা হেন্না অৱা-অনা ফংলিবনি। জ্ঞান তান্নবগী লমবীদা মখোয়দি হেন্না খুদোংথীবা লৈরিবনি। চাবা, থকপা, শেৎপদা হেনগৎখিবদু হেনবা কৌবা য়াদে। মুন্না খল্লুরবদি মবুকফাবা ঙম্বা শরুক্তা মখোয়নদি য়াম্না তোন্না লৈরবনি। অশেংবা নুংঙাইবা মখোয়গী মশাদা ফাওদে। মীহৌবদগী কল্লবা শামু লমশানা য়ুমশাগা তিন্ননীংবদগী মীনা লায়না ফাদুনা শীজিন্নরিবা, লমজেল য়াঙলবা শজীনা শাদনবগী বাঁশীগী খোঞ্জেলনা মথৱায় মাঙলিবা, ঈশিংদা লোৎপা হৈরবা ঙানা অচাপোৎ মীহৌবদগী খোইদা থুদুনা মপুক্সি মাঙলিবা মৈরানবীনা মৈ উবদা মমিৎ ফাজীনবা ঙমদবদগী মৈনুংদা চোংশিন্দুনা মথৱায় মাঙলিবা অঙকপনি। ইন্দ্রি অমমমদ, শোয়বদা মপুক্সি অরেম্বা মাঙলিবনি। নঙ ঐদি ইন্দ্রি মঙামক মীহৌবগী মখুত্তা শিন্নথোক্লবদি করম তৌগদৌরি ? তুরেল কয়ামরুম্না মায়কৈ মরিমক্তগী চেনশিল্লক্লুনা সমুদ্রদা তারবসু হান্নগী ফিভমদগী করিমত্তা হেন্দবা অদুগুম্না মবুকচেল ফাবা ঙল্লবা মী অমগী পুক্লীংদা মীহৌবা কয়ানা মবুকচেল হোংহনবা ঙমদে। মখোয়না মবুকচেল লৈবা মরমনা অৱা অনা করিমতা চঙদুনা ওৎপা ঙমদে। শান্তিগী তুংনফম হায়বদু মখোয়নি। মখোয়সু শান্তি থিরিবনি। লম্বী ওন্নদুনা পুক্লীংদা পোত্থাফম ফংদ্রিবনি। পুকচেলতবু ফাবা ঙম্লবদি ঈশ্বরগী অশেংবা নুংঙাইবগী মঙাল ফাওরক্লুনা মীনম্বা মায়াগী অমম্বা থম্মোয়দগী মাঙখিদুনা অশেংবা অপেনবগী তুংনফম ওইবা শান্তি ফংবা ঙমগদৌরিবনি। মরম অসিনা মায়াগী পোত্তা করিমত্তা কল্লকফম লৈতে।

## শুমন্মাৎপা

পাপ পুম্নমক্কী হৌরকফমদি শুন্মাৎপনি। শুন্মাৎপা-ব্রাখল লৈতবগা মশা অমতনি। ইশাগী ওইজবা পুম্নমক শুন্মাৎপগী লম্মৈনা পুমচাক চাকথেক্কুনা মাঙহল্লি। অব্রাববু নুংঙাইবা ওইনা উহনবা, অশাববু অয়িংবা ওইনা খলহনবা, মরূপ্প য়েক্লবা ওইনা, য়েক্লববু মরূপ ওইনা নীংহন্নবা শুন্মাৎপতনা ওইহল্লিবনি। লীন পুবনা তুম্বা থোংলগা লীননা লুবাক মনুংদা মকোক ফন্দুনা জগোই শাবগুম ঐখোয়সু শুন্মাৎপগী মীনম্বা অমেঙবা সুর তাবদা ঈকাই ঈকী হুন্দোক্কুনা জগোই শারিবনি। অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নপোৎনা শুন্মাৎলম্মী। পাখং ফারকপদা অপাম নুংশি ব্রাখলনা অমুক শুন্মাৎলরে। অফবা পোষাক, অফবা য়ুম, ফম, মিংচৎনচিংবা কে-অমৌগী ব্রাখলনা অমুক্কা ঐখোয়বু অব্রাবা পীরে। ঐগী ঐগী হায়বা ব্রাখলতনা মতম চুপ্পা পুক্লীং অসি পোত্থাদ্রে। অরেম্বদা খৎনরিবা, চৈনরিবা কেশ তৌনরিবা পুম্নমক শুন্মাৎপদগী ঙাক্তনি। ঐগী পুক্লীংবু শুন্মাৎখ্রিবা ইতু ইচা, ইরল নত্রগা মিংচৎনা ব্রাখলগী ঈথক্তা হিনাও শাবা য়াওদনা হিনা কোয়রৈ লয়দুনা তাউবগুম ঐখোয়সু তাউরিবনি। পুকচেল পীকপদগী মচা ওইনা উবা, মচাক মরলনা মহাক্কীনি হায়না খনবা, ঐনা, নুংশিবা অচানবা মীদদা পীজ পীথক্লগা লোইরে হায়না খল্লিবা পুম্নমক শুন্মাৎপদগী পোক্লিবনি। মথাদা কোন্দুনা খোল্লাং অমৃত ইল্লকপী নারক য়েক্লকপা মতমদা অহিং মিৎশেং খাঙদুনা তুম্লক্রুবী তমবাক্তা থী, য়ুং, ফায়জীনবিদুনা লাইকন্নবী মমাবুদি পীজ পীথকনীংদ্রগা বেশ্যা অমগী মশক উরুবদা মীনোক অমুক্তা ঙাওদুনা ঈশৈ শৈশক অমুক্তা লৈজবমখৈ থাদোকপা ঙম্লিবা পুকচেল অদু শুন্মাৎপদগীনি। নুপী অমনা মচাগা অতোপ্পা অঙাং অমগা শান্নরকপদা য়ৈন-শুনরগা মীগী মচাদা হোৎচিন্দুনা ফুরিবা হুন্মাৎপদগীনি। ঐগী মীগী য়াম্না খায়দুনা ইমা ইচা, ইচিন ইনাও পুম্নমক য়েংদ্রিব শুন্মাৎপদগী পোকপা

ঙাক্তনি। ঐখোয়না ইনুং নুংঙাইনা তৌগদবা ইথৌ পাংথেধাচগদবদা অকায়বা পীরিবা শুক্ষাৎপদগী পোকপা ব্রাখলদগী ঙাক্তনি। শুক্ষাৎপ্রবা মী অমগী শাজৎ, পুকচেল খোইজেলদি গাড়ী ষণ অঙাওবগুম্বনি। পাখং অমনা লীকোন শান্নফম থাবল চোংফমদা নোক খেদুনা মপুক্লীংদা ময়াই কাহল্লিবদু শেরাননবা ব্রাখলদগী পোক্লকপা শুক্ষাৎপনা ফিবম অদু ওইহল্লিবনি। যু ঙাওবা অমনা লমজাওদা থরো থরো ওন্দুনা লৈরগা ঙাওফাত্রিবা অমনা শমদুনা পুরগা ইন্নদুনা য়েনরিবদুসু য়ুনা শুক্ষাৎপ্রবনি। নুপী, ফম, লন, মিংচৎনচিংবনা শুক্ষাৎখিদুনা পুন্সিগী খোঙথাং খুদীংদা ব্রাইচিলহল্লিবা মখোয় অদুগী পুন্সিদু অরেম্বনি। পুম্নমক মহাক্কী কৈদৌঙৈদসু ওইবা য়ারোই। শুক্ষাৎখিবদগী মথৌনা মপাঙ্গল, মরীল মরল অরৈবা মখৈ পুথোক্তুনা তৌবা ঙম্বা উৎলিবা নুপাদো থাগৎনিংঙাই করিমতা লৈতে মরৈবাক্কী অমসুং মীওইবগী কান্নবগীদমক্তা শুক্ষাৎপা পুম্নমক্তগী লাম্থোরক্তুনা তৌফম থোকপা থবক তৌরবা নুপাদুগী খোঙ্গুলদি মী খুদীংমক্ক তুংইন্না চৎপদা মতীক চায়। লাইরবা চাকনিবা হনুবীদনা লাউহৎলগা জগোই শাবী ঈশৈ শকপী কয়াদা ফিবম তৌদুনা শেল থারিবা নুপাদো করি থাগৎনিংাই লৈবগে ? আইন সভাদা কাখৎনবা মীখোম্বদ লুপা লিশিং লিশিং পীথোকপদা হালেংবা লৈত্রবা নুপাদুদা স্কুল, লাইব্রেরী, ডাক্তরখানানচিংবা মাঙজৌননা কৎলম্লবদি শুক্ষাৎপা কোক্লে হায়বা য়াগদবনি অসিগুম্বা পুকচেল পীকপদগী পোক্লকপা শুক্ষাৎপসি কোক্কে হায়রবদি পুকচেল চাউথোক্তুনা পুম্নমকপু নুংশিবা তমলগা ঙমজবা ইথৌনা পুথোক্তুনা অব্রা অনা কয়াদা মনা পামদনা অমসুং খুলংগী অশা থাদোক্তুনা সেবা তৌরক্লবদি শুক্ষাৎপসি মাঙশিল্লকই। অমম্বা ব্রাখল মাঙখ্রবগী তুংদা অশেংবা অচুম্বা জ্ঞানগী মঙাল ফাওরক্তুনা চৎকদবা লম্মী তরু তরুনা উবা ফংদুনা পনথুংফম তান্না মমায় ওন্দনা চেল্লিবা মখোয় অদুনা পৃথিবীগী অশেংবা শান্তি পীরিবনি।

---

# নাপল অমদি ময়াই কাবা (মদ)

মশাগী মতিক মগুণ মুন্না খঙদবদগী মীওইবনা নাপল তৌরকই। মশাদা লৈরিবা মহাক্কী মতিক মগুণ অদু কদায়দগী লাক্লিবনো অমসুং করম তৌনা ওইরক্লিবনো হায়বদু য়াম্না মুন্না থিজিল্লুরবদি মহাক্কী নাপল অদু মরায় চাইথহনবা ঙমগনি। মী অতৈবু থানদনা মশাবু ব্রাংনা থাঙ্গৎচনীংবা অমসুং মতীক মগুণগী চাং ইয়েং য়েংদনা "ঐসু মীনি মহাক্লদি ঙম্লগা ঐসু করি ঙমদনি।" হায়না মরন্নাই চাউথোকচবা ব্রাখলদগী পোকপা অরানবা পুকচেল অদুবু নাপল (মদ্) কৌই। নাপল অসি অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই, মদুদি ঃ- মশাগী মতীক মগুণ খরা লৈজরিবদুগী মতুংইন্না চাউথোকচনীংদুনা মীঙোন্দা মশাগী নাপল উৎপা অমা। অদুগা মশাদা মগুণ ইরৈ লৈতনা মীনা মহাকপু ঈকায়খুম্নবা অমসুং কিনবা হেন্না হায়জিন্দুনা চাউথোকচরুবা অমা। অনিমক থোয়বগী ওন্নতৈনবা পুকচেলনি। মশক মতৌ, শাগৈ, লন থুমদগী পোক্লকপা নাপলদি মাঙনবগী মশক্কী। তাইবংপানবগী খোঙচৎ অমম্বনি। নুমিৎ খুদিংগী অরেপ্পা লৈতে, অমসুং হোংবা নাই। চাউথোকচরুবা মহাক্কী নাপল অদু নোংমদি খঙহৌদনা খঙমাঙ মাঙবা য়াই। মহাক্কুম্বা অমসুং মঙোন্দগী হেন্না শাগৈ অফবদা পোক্লম্বা অমসুং মশক মতৌ ফজরবা কয়া তমথিরবা লায়না কয়ানা নাদুনা মীওইবগী তুক্কচনফম ওইবা ফীভমদা হস্থনরি। মরল মথুম চীংমুক ব্রাংনা পৈদুনা লৈবা ঈনাকখুনবা কয়া খুদোং থীবা কয়াদগী লম্বীগী চাক্লিবা কয়া য়াওরি। মরম অসিদগী "লায়রবা মচা শগোল তোংবা তম্মু অমসুং ঈনাকখুনবা মচা ফৌসু-চেঙসুবা তম্মু" হায়নরিবনি। অব্রাবা-নুংঙাইবা অমসুং অমম্বা-অঙানবা হায়বসি তাইবং ঈপাক্কী ঈথক্লি। থুনা থুনা হোংই হায়বসি পুন্নমক্লা খঙবা ঙাক্তনি। লায়র-চুদংনবা পাখং অমনা লৈতনা অরৈ শাদুনা লিক্কোল শান্নবদা, সিনেমা য়েংবদা অমসুং হরাও তয়ামদা মমান্নবদগী হেন্না

তৌগে খল্লিবদু মশাগী নাপলদগী পোক্লকপনি। করিসু নত্তবদা জগোই শাবী অমদা মমান্নবগা তান্না তান্নদুনা শেল থারীবদু মশাগী নাপলদগী পোকপনি। মতিক মগুন্দদগী হেন্দোক্লা থবক তৌরুবা কাঙবু অদুগীদি য়াম্না থুনা অব্বাবা হেক হেক ফংই। চাবা, থকপা, শেংপা অমসুং হরাও তয়ামদা চাদীং তৌবদা ইনাক-কৈরাক খুনবা মচা অমগা ক্রক ক্রক য়েংননা "মানা কৈদা হেনবা ঐনা কৈদা ব্রাংপা" হায়দুন মপুক্লীংদা নাপলগী মতুংইন্না থবক তৌথোরক্লবা পাখং অদুদি খোংজি য়াওদনা পাইবা তেলঙ্গাগুম্না খুদোংথীবগী নুংশিৎনা য়ৈদুনা উরু উরু লৈদুনা মাঙগনি। তান্নবা তারবদি মরম ওকপা লাইরিক ফবা, জ্ঞান লৈবরোমদা তান্নগদবনি। মদোমদাময়াই কাজবা ঙল্লবদু ঐ মরম য়াম্না ওক্লে অমসুং লাইরিক ফরে হায়না নাপল খক তৌফম থোক্তে। "ব্রাতোলনা ব্রাংলগা ক্লাকনা ফমদেকই" হায়বা পাউরৌ অদু তাদুনা তোকই, নাপল চাউবা মীবু মরুপ-মপাং, শাগৈ-নাতৈ অমসুং মহাক্লা তিন্নরুবা মী, খুদিংমক্লা নুংশিদে হায়বসি খক কাউরোইদবনি। মীনা থাগৎলক্লগা মপুক্লিংদা ময়াই মখল অমা কারত্তুনা নাপল তৌরকপা মীদু মীনা হোইরগা চৎপা ষনগুম্বনি। মরম অসিনা মতম চুপ্পদা ইথন্তনা ইথন্তবু চাং য়েংজগদবনি। নাপল কারকপা মতমদা নাপলগী ঈথক অদু থুনা নেমথগদবা অথোইবা উপায় অমদি নোংথক্তা য়েংখৎপনি। মপান নাইদ্রবা আকাশ অমসুং নুমিৎ, থা, থব্রাম্মিচাক য়েংলগা ইথন্তগা তাইবঙগা চাংদম্নরুরগা খঙহৌদনা নাপলগী মহুত্তা পুক্লীংদা ঈশ্বরগী প্রেমগী ঈথক হৌরককনি। সংস্কৃতকী ব্রাহৈদা চাউথোকপা শব্দ অসি মখল অনি শুই। মদুদি ঃ- দম্ভ মশাগী মতীক মগুণদগী হেন্না হায়জন্দুনা অতোপ্পনা মহাকপু ঈকাই খুম্ননবা অমসুং উশিৎনবা হোৎনবা অমা, অদুগা—দর্প—মশাগী তৌবা ওম্বা মতীক মগুণ অদু উত্তুনা মীনা মাবু ইকাই খুম্নবা হোৎনবা অমা। অনিমক অথোই অহেন নাইবা ফত্তবা গুণ ঙাক্তনি। মদুগী মহুত্তা মশাগী অশেংবা

অশোনবা অরানবা অদু উত্তুনা হান্ননা পরিচয় পীহৌবনা অশিংবা জ্ঞান লৈবা মী অমগী খুদম ওইরকই। অশেংবমক্তি মরমচৎ ফজবা ৱাহৈ ৱাতা নীংথিজবা নোল্লুকপা মীবু অতোপ্পনা ঈকাই-খুম্নে হাইবসি কাউফদে।

## কল্লক কঞ্জাওবা

অতোপ্পনা ঐঙোন্দগী হেনখ্রগা পুক্নীংদা নুংনাংদুনা অরানবা থবক কয়ামুক তৌরকই। ইশাদা করম্বা দোষ লৈদুনা ঐনা অসিগুম্বা ফিভমদা লৈরগা মীনা ঐঙোন্দগী হেনখ্রিবনো হায়বদু ৱাখল ইতৌ তৌদনা ঐনা কল্লকউরিবা মী অদুবু কল্লক য়েংথীরুরিবা মী অদুদি মরন্নাইগী ওইজবা কয়ামুক মাঙলবনি। মীনা চাউখৎখ্রিবা ফিভম অদু ইশানা তান্দুনা চাওখৎকে নত্রগা ঐসু অফবা মী অমা ওইগে খন্দুনা হোৎনরক্লবদি কল্লকউরিবা মী অদুবু নুংসিরকপা ঙমই। নত্তদুনা মীনা চাওখৎখ্রগা "তৌজবশারিবসে" হাইবা পিক্লবা ৱাখলনা পুক্লিংদা তোংলদুনা মী অদুবু মাংহল্ল নত্রগা মিংচৎ থীনবা অমসুং মহাক্কি ফত্তনবা থবক খক তৌবা হৌন্নদে। ঐনা কল্লক য়েংথিরুবা মী অদুবু ঐনা হন্না হন্না মীঙোন্দা নিন্দা তৌরুবসি য়াম্না তোল্লবা মীগী পুকচেলন্নি। মীগী দোষ ঙাঙনরুবগী মহুত্তা ইথন্তাগী দোষ মীঙোন্দা হায়দোকচবা অমসুং ইরন্নাই চুমথোক্লবা হোৎনরক্লিবা মী অদু মতম খরগী তুংদা লৌশিং লৈবা মী অমা ইরাই লায়না ওইবা ঙল্লকই। মীগী মরাল কয়া লৈদুনসু ঐঙোন্দগী হেনখ্রবদি মহাক্লা ঐঙোন্দগী হেনবা মগুন কয়ামুক লৈদুনা তৌরিবনি। মহাক্লা ঐঙোন্দগী হেনখিবগীদমক ঐনা মহাকপু নুংসিদ্রবদি ঐসু চাওখৎপা ঙল্লোই। মঙোন্দগী হেন্না ঐসু চাওখৎকে হায়না খল্লবদি মহাক্লা ঐগী ফিদম ওইবা তাই। মরম অদুনা য়েংথিবগী মহুত্তা নুংশিবনা মহাকপু খুদুম চল্লবদি ইথল্তগী থম্মোয় অসি খঙহৌদনা কল্লকপা

মৈচাক্কী মহুত্তা প্রেমগী অমৃত অমা ফাওরক্কুনা পুক্লিং হকচাং পুম্নমক ঈংথহনবা ঙম্লকই। কল্লক কনজাওবা মী অমগী মমিত্তা অমসুং মহাক্কি ৱাখলদা অফবা অমত্তা নীংথিনা উবা ফংদে। মতম লৈবা খিবিক্তা মহাক্কি থৱায় অদু মকা লান্বা ঙমদে পুক্নীংবু মকা লামদ্রবা মী অদুদি লৌশিংগী মঙাল ফংবদা মতিক চাদ্রবা নুপা অমনি। মীঙোন্দা নোঞ্জরোই অমসুং হায়জরোই হাইবা ৱাখল অদু পুক্লিংদা কন্না ফারক্লবসু ইশাগী অৱাংপা শরুক অদু ইশানা কন্না তাঞ্জদুনা ফংনবা হোৎনগদবনি। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পবু নুংশিদবা চুমদে। অতোপ্পনা উশিৎ থওইবিরক্রবসু মদুগীদমক্তা লমন খুম্নবা মঙোন্দা ওৎলুবগী মদুত্তা ঈথন্তা পৎচদুনা ইশাদা তুমদুনা লৈরিবা শক্তি পুম্নমক হৌদোক্নুনা শীজিন্নগদবনি। মতম পুম্নমক্তা কাউরোইদবদি ঈশ্বরদি মীচং মিখাই নাইদে হাইবসিনি। মানা মানা হোৎনজবগী মতুং ইন্না ইবুংঙো মহাক্না শক্তি পীরক্লিবনি। ঐসু মঙোন্দগী হেন্না কন্না হোৎনজবক্লবদি করিগী পীরক্লোয়। ৱারেম থৌরেমগী লাইরিক পাবগী মহুত্তা য়াম্না নংলমবদগী অমসুং ৱারম্বদগী চাউখৎখিবা মহাপুরুষ কয়াগী পুন্সি ৱারি পাদুনা ইশানা মহাক্কি ফিদম লৌদুনা ইশানা ইশাবু চাওখৎনবা হোৎন্নগদবনি। ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর করম্বা ফিভমদা লৈরম্মি? মহাত্মা গান্ধী অহানবদা করম তৌরম্মী। করম্না কাইনথংদা চাউখৎখি? হাইবনচিংবা ৱাখল অসি ইথন্তা ওরাইজগদবনি। সংসার অসিদি হোৎনবা কনবা মীগীনি। পুক্নীংগী থৌনা, হোৎনবগী খোঙথাং য়াওদনা কনা অমতা চাওখৎপা য়াওখিবা নত্তে। খৎন-চৈনবা, হুন্নবা, অমনা অমবু পীকথননবা হোৎনবগী মহুত্তা পুক্নীং ৱাইশংনা তৌগদবা ইথৌ অমদা ইশাগী চাওখৎকদবা লম্বীদা পোত্থাবা লৈতনা তকশিল্লগতা থোকপা অমা লাক্কদবনি। তাইবংপান অসিদা লৈরিবা মী খুদিংমক, জীব খুদিংমক ঐগুম্বা ঙাক্তনি নীংদুনা মীনা ৱারগা ৱাবিবা, মীনা নুংঙাইরগা ঐনা নুংঙাইবনি হায়না খন্দোকপা ঙম্নবদি কল্লক

কঙ্গাওবগী ৱাখলনা পুক্নীংবু খক ৱাই চিলহনবা ওম্লোই। ঐ অমসুং ঐগী (অহং মমতা) হায়বা কল্পবা থৌরীনা সংসারদা পুনশিন্দুনা থম্মিবনি। অতোপ্পদা লৈবা অফবা গুণ পুম্নমক নীংথিনা য়েংবা হৈরগা ইশাদসু পুশিল্লকপা ওমখি। লমচৎ ফজবা, পুকচেল চাউবা, মগুণ লৈবা মীবু ইকাই খুমনবা ওস্বা মী অতোপ্পগী বিদ্যা বুদ্ধিবু শীংথানবা ওস্বা মীনা খ্বাইগী কান্নবা থবক তৌবা ওল্লকই। মশানা মশাবু মথন্তা মথকলোমদা কাখৎচবা ওম্মই। ঐখোয়না কাউরোইদবদি ইশা ইশানা তৌজখ্রিবা থবক্কী মহৈ (কর্ম্ম ফল) চাবা শোয়দ্রবনি। ইশাগী অৱাৎপা ইশানা মেনখৎচবা নত্তনা কনানা মেনখৎপীরগনি?

## চীঞ্জাক

পুক্নীংগা হকচাংগা খ্বাইদগী হেন্না নক্নরবা মরীনি। অদুগা হকচাং অসিদা চীঞ্জাক্কুগী ওল্লকপনি। চাখ্রিবা চীঞ্জাক্কুগী হকচাংগী ঈ ওল্লগা হকচাংগী মফম খুদিংমক্তা শীনথুনা চেন্দুনা শেমগৎ-শাগৎকদবা মচাক মখৈ য়োল্লিবনি। চীঞ্জাক্তা য়াওখ্রিবা মাঙবা য়াদ্রবা অনু পরমানুগী শরূক্তা পকখ্রিবনি মতীক ময়াই মখৈ ৱাখলগী য়ুমফম ওইরিবা থোপ্তা তুংলরিবনি। মরম অদুনা চারুচারুবা পোৎ অদুগী মতুং ইন্না ৱাখলসু ওল্লি। ছান্দোগ্য উপনিষদতা ইরি, মদুদি ঃ- চাখ্রি থকখ্রিবা চীঞ্জাক পুম্নমক অসি শক্লোন অহুম থোকই। খ্বাইদগী হেন্না পৌবা শরূক্না থী, য়ুং, হুমাংনচিংবা ওন্দুনা মপান্দা থোরকই। অনিশুরকপদা ময়াই ওইবা শরুক্না হকচাংগী মচাক ওল্লি। অদুগা অহুমশুরকপা খ্বাইদগী হেন্না কুপ্পা চীঞ্জাকী শরূক্না পুক্নীংগী মচাক শাগৎলি। মরম অসিনা মী অমা মশক খঙগে হায়রবদি মহাক্না তিন্নরিবা মরূপ মপাং মশক খঙউ হায়বগুম্না মী অমগী পুকচেল খঙগে হায়রবদি মহাক্না চারিবা চীঞ্জাক মশক খঙউ হায়বদা হায়মনবা

থোক্লোই। তাইবংপান অসিদা লৈরিবা থব্রাই পানবশিংগী মনুংদা মথোয় মথোয়না চারিবা চীঞ্জাক্কী মতুংইন্না পুকচেল খোসজেনসু তোঙান-তোঙান ঊবা ফংগনি। মরম অসিনা পুকচেল ফাদুনা হকচাংগী মচি ওইবা ফম্বীবু চ্যেকশিন্না য়োক্কে খল্লিবা মী অদুদি ইহান হানবদা চীঞ্জাক্কী মরমদা য়াম্না চ্যেকশিনবা তাই। হিংনবা চাগদবনি, চানবগীদমক্তা হিংলোইদবনি। লৈয়েংগী মখা পোন্দুনা চানীংবা চারগা লোইরে খল্লিবা মী অদুগী ময়া অমসুং মরৈদি মরন্নাইগী মোংফম তৌজরবনি পুকচেল ফাবা হৌগদবদি চীনঞ্জাক্তগী হান্না হৌগদবনি। মরম অদুনা করি করম্বা চীঞ্জাক চারগা মশা মনুং শেংনা থমগদগে অমসুং মবুকচেল ফাবা ঙমগদগে হায়বগী মরমদা য়াম্না চ্যেশিনফম থোকই। গীতাগী মত মতুং ইন্না চীঞ্জাক অসি চাউরাক্লা মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি ঃ- সাত্ত্বিক, রাজসিক অমসুং তামসিক আহার। মদু চারগা পুন্সি হেনগৎপা, ব্রাখল চাউখৎপা, পাঙ্গল হেনগৎপা, অনাবা ফহনবা, নুংঙাইবা, পেনবা, হরাওবা, থোৎপা হকচাংগী মচি ওইবা অমসুং য়েংবদা পুক্লীং হুবা চীঞ্জাক মখলশিং অদুনা সাত্ত্বিক আহার কৌই। য়াম্না শিনবা, অথৈবা, মৈগুম্না শাবা, য়াম্না য়াকপা নাতোন্নচিংবা পীং পীং কাবা, মদু চারগা হকচাং নাগনবা অমসুং অব্রাবা পোকপা চীঞ্জাক অদুবু রাজসিক আহার কৌই। অমসুং অপুম্বা, মহাও কল্লবা, চজীক, লুখাক অমসুং মচি ওইবা শরুক মখৈ লৌথোকখ্রগা কান্নদ্রবা শরুক, মথোয় অদু চারগা হকচাংদা তুমনীংবা, ভ্রান মাঙবা অমসুং তনথবা পোকপা চীঞ্জাকশিং অদুমখৈ তামসিক আহার কৌই।

পুকচেল ফাজীনগে অমসুং বুদ্ধি লৌশিং চঙখোনগে অমসুং মশা মউ ফন থমগে হায়না খল্লিবা মীশিংনা মথক্কী চীঞ্জাক মখল অহুম অসিগী মরক্তগী সাত্ত্বিক আহার অসি চাগদবনি। মসলা য়াওদবা অতেকপা মনা মশিং মহৈ মরোং অমসুং কমলা, চম্প্রা, কিহোম, হৈনৌ, কিশমিস, বদাম, লৈপাক হব্রাইনচিংবা হৈ-রা শঙ্গোম অমসুং শঙ্গোমদগী থোকপা পোৎ

অয়াম্বদি সাত্বিক আহারগী মনুংচল্লি। তৌইগুম্বসুং মহাত্মা গান্ধীজীনা চাংয়েংবদা অসুম্না ইরম্মী "ঐনা চহি তরুক চাং য়েংবদা হৈ অমুনবা, কিসমিস বাদামনচিংবা অকংবা হৈ চারিঙৈ মতমদা পুকচেল লাকপা য়াম্না লায়রম্মী। তৌইগুম্বসুং শঙ্গোম থক্লকপা মতমদা হকচাংদি ফগৎলি হায়ববু পুকচেল ফাবা অমসুং ব্রহ্মচর্য্য ঙাকপা ৱানা থোকখি।" স্বামী শিবানন্দনচিংবা তশেংনা লমবোইখ্রবা মীনদি হৈ অমসুং শঙ্গোম চাবদা আপত্তি তৌদে। হৱাইগী মনুংদা মুগ, চানা, মায়রোংবীদি চাবদা কান্নে, মতীক ময়াই কন্দে। অদুগা মঙ্গল, মশুরিদি মতা অমা ওইনা হকচাংদা ময়াই কাবা পোকহল্লি। ঘী, থাউদা য়াম্না তাউরবা অচাপোৎ, অপুম অশা, শা-ঙা ইরোনবা, উতি, আচার, শোইবুম, হৱাইচারদি ব্রহ্মচারী অমা ওইগে খল্লিবা মীনা পুমথা থাদোক্কদবনি। য়েরূম অমসুং তিলহৌ, চনমদা হকচাং ফগৎনবা বিটামিন অমসুং মিনরেল সলট কয়া য়াওদুনসু ব্রহ্মচারী অমগী চীঙ্গাক্তি নত্তে। মরমদি মখোয়দা কামগী ঈথক ঈরাং হৌগনবা মচাক কয়ামুক য়াওরি। চুরুট, বিড়ি, য়ু, চানচিংবা মহৌশানা ময়াই কাবা অচাপোত্তি থোইনা পল্লুদুনা কান্নদে। মখোয়দি চারু-থকলুবদি লায়রদুনা মমিংদা পনবদা হকচাং অমসুং লমচৎ মাঙহনবা চীঙ্গাক ঙাক্তনি। লম হেনবশিংগী চীঙ্গাক্লি। "চীঙ্গাক্কী মরমদা স্বামী বিবেকানন্দনা মতৌ অসুম্না তাক্লম্মী। চীঙ্গাক শেংলপা ৱাখলসু শেংই হায়বা শ্রুতিগী ৱাসি শঙ্করচার্য্যনা মতৌ অমসুম্না হন্দোক্লম্মী আহার হায়বসি ইন্দ্রিশিংগী থৌরম্নুনি। অদুগা রামানন্দ স্বামীনা আহার হায়বদি চীঙ্গাক্তবুনি হায়না লৌদে। ঐগী মততি অনিমক্কী ৱা লৌই। ইন্দ্রি লাকশিনবগা চীঙ্গাক্কী মরমদা অফ-ফত্তা ৱাখল তৌদুনতা লৈবগা অনিগী মরক্তা ইন্দ্রি লাকশিন্নবা হোৎনবনা মরু ওইবা থবক্লি। ইন্দ্রি লাকশিনবা ঙম্নবগীদমক্তা চীঙ্গাক্কী মরমদা অফ ফত্ত ৱাখল তৌগদবনি। যোগী অমা ওইনীংলিবা অমসুং মপুঙ্গিদা চাওখৎপা পাম্লিবা মী অমনা থা

কয়ামরুম চাক, মনা-মশীং (নিরামিষ আহার) হৱাই, শঙ্গোম্মচিংবা চাদুনা লেনগদবনি। অদুম তৌরবদি মশানা হোৎনজরিবা থৌরমদা খুদোংচাবা য়াম্না ফংগনি। অদুগা কাহেন্না হোৎজরোই অমসুং মরন্নাই থবক্কা লোয়ননা খর খরদং হোৎনজগে খল্লিবা মী অদুগীদি শা-ঙা চারগসু হেন্না চাশীন্দনা তুম্বা ঙম্না চারগসু য়াগনি। চাবদা য়াম্না চ্যেকশিনগদবনি। ঙস্বমখৈ নুংশিৎ নুংশা লাংবা লমদা লৈগদবনি। খোঙনা য়াম্না থাপনা চৎথোক্কদবনি অমসুং য়াম্না নোমগদবনি। অনাবগী হৌরকফমদি অরানবা চীঞ্জাক্তগীনি। অফবা, অশেংবা চীঞ্জাক ওইদুনসু চাবগী চাং হেঞ্জিন্না চারবদি অহোয়নদুম পুক্লীং হকচাং মাঙহল্লি। হেন্না চাশীল্লগা হকচাংগী চাবা তুম্নবা যন্ত্রশিং অসি য়াম্না অপনবা লাকই। খুদমগী মশক ওইনা য়াদা ঈশিং পীকথন্না উমশিল্লগা চীন তেংবা য়াদে। খরা হাঙহল্লগা চীন নীংথীনা তেংবা য়াবগুম খরা হাপ্লপ চারগা তুম্বদা য়াম্না খুদোং চারকই।

মরম অসিদা পুক ৱাই চিলহন্দনা হকচাং য়াম্না কোমনা পুক্কী শরূক মরি থোকপগী শরূক অমা হাঙনা চাগনি। হকচাং ফনা থম্বা ঙম্লবগীদমক্তা চঙগদবা চীঞ্জাক্তি থোইনা শেল চঙদে। আতাগী তল, নত্রগা চোইদবা চেং, মনা-মশীংগী এঞ্জাং, হৈ-রা শঙ্গোম খরতগা চারগসু হৌজিক্কী বিজ্ঞান্না পুথোক্লিবা ভিটমিন অমসুং মিনরেল সল্টনচিংবা শরূক মখৈ অদুম য়াওজরমি। মসিগী মথক্তা মুন্না খঙজিনগদবদি লৈ অমসুং ইন্দ্রিশিংগী মনাই খক ওইদনবা লাক্লগদবনি। স্বামী শিবানন্দজীনা চীঞ্জাক্কী মরমদা ইরম্বা ৱা অমগা অমুক তপশীল্লগা চীঞ্জাক্কী ৱাসি তেনশিঞ্জরগে। শা-ঙা চাবা মী অমনা সাইন্টিষ্ট অমা ওইরকপা য়াই তৌইগুম্বসুং সাধু অমসুং মুনিগী পুকচেন্দি চেনবা ঙম্লোই। মরম অসিনা পুক্লীং, হকচাং, অমসুং ৱাখল অহুম্মক চাওখৎপা ঙম্নবা অশেংবা, অফবা, হিংসা য়াওদবা চীঞ্জাক চাগদবনি। **(চীঞ্জাক্কী মরমদা মুন্না খঙগে হায়রবদি ঐনা ইজবা চীঞ্জাক পাবিয়ু)।**

হকচাংদা কান্নগদবা অমসুং মচি ওইগদবা চীঞ্জাক চাং নাইনা চারগা মপুং ফানা পুক্লীং হকচাং অমসুং থব্রায় চাওখৎহনবা ঙমই। মরক মরক্তা চরা হেনবা য়াম্না কান্নে। পুকচেল ফাবদা চরা হেনবদি অঙাওবা শাগোল লাকপদা শাজে চঙগুম্বনি। হকচাং মনুং শেংনা থম্লগা পুক্লীংসু শেংলকপা ঙম্লকই। চাখি-থকখিবা অচাপোৎশিংগী মতীক ময়াই চমহন্নবা খ্বাইদগী ফরবা খুৎলায় অমদি মরক মরক্তা চরা হেনবনি। চয়োল অমগী মনুংদা অমুক, ঙমদ ঙমদ্রগা চয়োল অনিগী মনুংদা অমুক্তা চরা হেন্দুনা চাবা তুম্নবা যন্ত্রশিং অসি পোথাহনবগা লোয়ননা পুক্লীংসু ব্রারক্কদবনি। চরা হেল্লিঙৈ নুমিৎ অসিদা থীরিন্দা লৈবা অপুম অশা শেংদোক্লবদি হকচাং মুনং শেংবত নত্তনা পুক্লীংসু শেংলকই। চরা হেনবগী কান্নবা অকুপ্পা ব্রা য়াম্না লৈরি। মহাত্মা গান্ধীজী, বুদ্ধ মহম্মদ, যীশু খৃষ্টনচংবা মহাপুরুষশিংনা চরা হেনবগী পাম্বৈনা ঙক্ল ঙক্লবা থবক পাঙথোক্লম্মী। পুকচেল নীংথীনা ফারকপা ঙম্লক্রবা অমসুং ব্রাখল চোইরবদি চরা হেন্দুনা হকচাং অমসুং লমহেনবা ব্রাখলবু দণ্ডি তৌবসি মপা লৈত্রবা খুৎলায়নি। একাদশী, পুর্ণিমা আমাবশ্যাদা হিন্দুশিংনা চরা হেল্লিবসিগী মনুংদা কান্নবা ব্রা কয়ামুক লৈদুনা তৌরিবনি। হকচাংগী হিংবা ঙম্নবা জীবনী শক্তি (Vitality) অসি মপান তাইবংদগী হকচাংদা চিংশিল্লগা তুংশীন্দুনা থম্নবা অরায়বা অমসুং শেল চঙদবা ইশানা চাং য়েংজরগা হেক্তা নীংথিনা খঙবা ঙম্নবা পাম্বে অমদি চরা হেম্বনি। চরা হেল্লিঙৈ অমসুং মৌন-ব্রত (ব্রা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈরিঙৈ) মতমদা অরু অরুবা ব্রাখল খন্দুনা পুন্সি লানফমদা কান্নবা হীরম কয়ামুক খঙবা ঙমগনি। চরা হেনবনা খ্বাইদগী হেন্না ফরবা অমসুং হোঙলবা লায়য়েংনি। হকচাং ফহনবতা নত্তনা পুক্লীং শেংহল্লি। 'মহাত্মা গান্ধী।

---

# শাজেল

হকচাং নাদ য়েক্তনা থম্বা ঙম্নবা হকচাং শাজেল হায়বসি অথোইবা পাম্বে অমনি। শাজেল ব্রাংলবা মী অমগী মশাদি লায়নাগী তুংনফমনি। মরম অদুনা হকচাং মনুং শেংনা থম্বা ঙম্নবগীদমক্তা হকচাংগা চুনবা শাজেল তৌগদবনি। ইউরোপ, আমেরিকাগী মতৌ তমদুনা শেল থুম য়াম্না চঙবা অমসুং হকচাংগী তোং য়াম্না কলহনবা শাজেলদি ভারত মচাগী মাঙনবগী মশক্তি। হকচাংগী তোং কল্লবা অমসুং শাবান ফজরগা লোইবা নত্তে। পুক্লীং হকচাংসি ফহনবগা লোয়ননা শিংলিসু ফগৎহন্নবা হোৎনগদবনি। শিংলি ফরবদি থোপসু ফরকই। থোপ ফরগা ব্রাখল খনবা ঙম্নবগী শক্তি হেনগৎলিবনি। "অপঙ অথৌ" হায়বা শাজেল তৌদুনা হকচাংদি ফহল্লগা থোপ ফহন্দ্রবদি শাজেল তৌজমনগী করিসু কান্নদে। শাজেল পুম্নমক্তগী অঙাংদগী অহল ফাওবদা চপ মান্ননা কান্নবদি অযুক নত্রগা নুমিৎদাং ব্রাইরমদা হৱা চাবা চৎপনি। নোংমগী হঙ্গৎ হন্দা য়ামদ্রবদা মাইল মরি চৎলবদি মী অমগী শাজেল মতীক চাবা অমা ওইবা য়াগনি। অদুগী মথৎদা যোগ আসন মতম কক্না ফমগনি। যোগ আসন চাং নাইনা ফম্লবদি হকচাংগী শিংলি ফগৎলকই অমসুং ঈগী ঈচেল পলহন্দে চাবা তুমহল্লি অমসুং খোঙ খুৎ হামবা নুংঙাই। থম্মোয়দা অকনবা থবক পীদবা মরম্না শাজেল তৌরুবগী হকচাং শোকহৌবা লৈতে। শ্বরগী শাজেল মশানা য়াওজবনিনা থবাক্কী মখল মখা অয়াম্বা লায়না কোকহনবা ঙম্মী। শ্রীমদুমদার হায়বা "এথেলিক ইণ্ডিয়া" গী ইডিটর - (হকচাং শাজেল, অকল-অথৌগী চেগী ইডিটর) অমা গেস্ট্রাইটিশ কৌবা লায়না অদুনা হিদাক লাংথক্কী লায়য়েংবনা ফবা ঙমদ্রবদা সর্ব্বাঙ্গ আসন্নচিংবা যোগ সাধন খর তৌরগা ফবা ঙমখি। মহাক্কী মত্তা হকচাং শাজেলগী মনুংদা যোগ আসননা খ্বাইগী মকোক্লি হায়না লৌই। পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরু চাং নাইনা শির্ষাসন (করোংচাক য়ুংবা) অসি

তৌই। যোগ সাধন অসি ইউরোপ অমসুং আমেরিকাগী ইউনিভর্সিটিদা রিকোগনাইজ তৌখ্রে। ফুট ২০০০ (লিশিং অনি) শাংবা ফিলম্ ইণ্ডিয়া কলচর নং ওয়ান কৌবা অমা ভিয়েনা ইউনিভর্সিটিগী প্রোফেসার, অমনা যোগ আসন ময়াম অসি তমদুনা নোংচুপলোমদা শন্দোক্লি। হকচাংগী লুর লুরবা লায়না যোগ আসন্না ফহনবা ঙম্মী হায়নসু মখোয়না শন্দোক্লি। মরম অসিনা ছাত্র খুদীংমক্না যোগ আসন অমসুং সুর্য্য নমস্কারনচিংবা থায়নগী যোগীশিংনা তৌরম্লিবা অসি থিজিন্দুনা অমসুং ঔরাইদুনা পুক্লীং, হকচাং, থব্রায় অহুম্মক্কী চাওখৎনবা হোৎনফম থোকই।

## ডাইয়েরী থম্বগী কান্নবা

তাইবংপানদা লৈরিবা পোৎ খুদীংমক মহৌশাগী ওইবা হোংবা য়াদ্রবা পথাপ অমগী মখাদা মশা মশাগী থৌদাং অমমম ইরৈ লৈ। গ্রহ, উপগ্রহনচিংবা পুন্নমক নিয়ম অমগী মখা পোল্লি। নুমিৎ, থা, থব্রান্মিচাক্ চিংবা অসি মতম নাইনা থোক্লকই অমসুং মতম নাইনা তাখি। চহি অমগী মুনংদা ঋতু তরুক্লা ওন্না ওন্না থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিসু অসি মঙায়। ঐখোয় মীওইবসু ইশাগী ইথৌ পাঙথোকপা ঙম্নবগীদমক্তা নিয়ম কয়ামুক্কী মখা পোন্দুনা থম্না তাই। নিয়ম অদুগী মখা পোন্না চত্তুনা ইথৌদাং অদু পাঙথোক্লবা হোৎনরবদি থবক তৌবগী অপনবা অমত্তা লাকপা ঙম্মোই। অচৌবা মহাপুরুষ মখৈ ডাইয়েরী থম্মী। বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিদগী পুন্সিগী ব্রারী নখোয় অয়াম্বা পারম্লগনি। মহাত্তি নুমিৎ খুদিংগী মহাক্না তৌখিবা থৌদোক খুদীংমক ডাইয়েরী শুদুনা থম্মী। অরানবা থবক কয়ারক তৌখ্রবগে অমসুং অচুম্বনা কয়ারক ঙাকপা ঙমখিবগে হায়বদু তুমলমদাই মতমদা হিসার তৌদুনা য়েংই। লানথ্রবশিং অদুনা মবুক্তা অফ-ফত্তগী মরমদা মুন্না

ৱাখল তৌহৌই অমসুং তুংদা অমুক তৌদনবা চ্যেকশিন্না হোৎনৈ। অদুগা নোংমগী মহাক্না হেক তৌগদবা থবক পুম্নমক অয়ুক্তগী তুল্লমদাই ফাওবগী রুটিন অমা শেমদুনা থমই। ঘড়ী অমা চাবী থারগা মথন্তা চাবিনা লোইদ্রিবা ফাওবা চৎপগুম্না মহাক্না শেমগ্রিবা রুটিন অদুগী মতুংইন্না চৎলি। মহাত্মা গান্ধী মশামকসু মহাক্কী মরন্নাইগী লইনা রুটিন অমা শেমদুনা থম্মী অমসুং ছাত্র খুদীংমক্তা নুমিৎ খুদীংগী ডাইয়েরী থম্মু হায়না পাউতাক পী। মীওইবগী ৱাখলগী কাচিন কাচিন্দা থৌওইদবা কৌবা হুরানবা কয়া থুপ্তুনা লৈ। মখোয়না মীওইবগী পুন্সি অসিবু অৱাবা অমসুং খুদোং থীবরোমদা চিংশিন্দুনা খুদোং থীহল্লি। ইশানা তৌররোই হায়দুনা লেপখিবা থবক কয়াসু শোয়থরক্তুনা ঙাকপা ঙমদবা অমসুং মীগী থৌইনশিন্দগী কায়রকপা কোঙ্গায়নি। অসিগুম্বা মতমদা রুটিন অমা শেমদুনা রুটিন অদুগী মতুংইন্না চৎনবা হোৎনবা অমসুং ঐনা তৌখিবা থবক কয়ামরুম ইশিন্দুনা থল্লগা মদু বিচার অমুক তৌবনা পুক্নীং ফাবদা খুদোং চাবা হেল্লি। মতমগী মমল মশক খঙলকই অমসুং ইশাগী চাওখৎপা অমসুং লৈখাতাবা মশক খঙদুনা অরানবা চুমথোক্নবা হোৎনবদা খুদোংচাবা কয়ারক ফংই। মরম অসিনা নপুন্সি অদু চাওখৎপা পাম্লবদি ঙসিদগী হৌনা ডাইয়েরী থমলো। যমগী সেক্রেটারী চিত্রগুপ্তনি। ঐখোয় থম্মোয়বুসু "চিত্ত" কৌই। থম্মোয়দা গুপ্ত থুপ্তুনা লৈবসু চিত্রগুপ্তসু কৌই। তৌখ্রিবা অফ-ফত্ত থবক খুদীংমক হিসাবনা ইশাগী ঈরান ইশানা চুমথোকচবদা মতেং য়াম্না পাংবী। অফবগী হিসাবন হেন্নগা পুন্সি ফজনা মহে য়ানগদৌরিবনি।

# ঈশ্বরদা লৈশি লৈথোনবা

ঈশ্বরদা লৈশি লৈথোন্দুনা খুরুমজবা হায়বসিগী অঙকপা শক্তি অমা লৈ। মহাত্মা গান্ধীজী নুমিৎ খুদীংগী মতম নাইনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌই। পুক্নীং শেংনা, থব্বায় য়াওনা ইবুংঙো মহাক্কী মফমদা হায়জবা অরেম্বদা খক মাঙদে। ঈশ্বরদা নুমিৎ খুদীংগী খুরুমজবা কান্নে কান্নদে হায়বা খক য়েৎলোইদবনি। মরমদি মীওইবগী ব্রাখল অসিনা মহাক্কী মপান নাইদ্রবা মতীক মগুণ খঙবা ঙম্বা হৌনদে। তাইবংপান পুম্নমক মহাক্কী খুৎশেম্নি। মহাক্কী মশক উবা ফংদ্রবসু মহাক্কী খুৎশেম অসিনা মহাক লৈ হায়বসি সাক্ষীনি। মহাক্কী মফমদা ইশাগী অরানবা দোষ কয়া অমসুং পাঙথোকচবা ঙমজদবা অশোনবা গুণ কয়া কোকহনবিয়ু অমসুং অচুম্বা লম্বীদা চিংশিনবীয়ু হায়না খুরুমজরগা মতম খরগী তুংদা খঙহৌদনা অঙকপা থৌনা কয়া ইশাদা ফাওরক্কুনা ইশাগী অরানবা চুমথোকপা ঙম্লক্কনি। ঈশ্বরদি অমতনি, অনি শুদে। মহাক্কী মমিংদি মপান নাইদে। তাইবংপান অসিদা মীওইবনা মানা মানা পাম্বা শাজৎ কায়ামুক্কী অপুনববু ধর্ম্ম হায়বা থোনজিন্দুনা তোঙান তোঙানবা নীতি শাজৎ লৈদুনসু অশেংবমক্তি ধর্ম্মগী মরু ওইবা শরুক্তি অমত্তনি। মান্নদবা ধর্ম্ম ময়াম অসিগী মনুংদা মান্নবা অমনা, লিকপু লংলা অমত্তনা লেংদুনা থম্বগুম মহাক্কী লেঙদ্রবা য়াথংগী লংলানা তাইবংপান অসি পাল্লিবনি। থব্বায় পানবা পুম্নমক মহাক্কী প্রজানি। অদুগা তাইবংপান পুম্নমক মহাক্কী অরেপ্পা পথাপ অমগী মখাদা পাল্লিবনি। ধর্ম্ম খুদীংমক্কা য়ানরি মদুদি ইবুংঙো মহাক্তি মফম খুদীংমক্তা শীনথুংনা লৈ। ঐখোয়না পুক্নীংদা খল্লিবা অমসুং তৌরিবা পুম্নমক মহাক্কা সাক্ষীনি। লান্দবা ঙম্বা হৌনদে। মহাক্কী কল্লবা ময়াগী লীচিংনি। হৌখিবা পুন্সিদা অরানবা পাপকী থবক কয়া তৌখিদুনা পুক্নীংদা নীংঙমদবা ফাওরক্লবদি ইবুংঙো মঙোন্দা কোকপীয়ু

হায়দুনা থবায় শোক্লা হায়জগনি। অপীকপা অঙাং মচানা উফুল ব্রাইফুল শান্নদুনা মশাদা মোংলগা মমা মপানা অমোংপদু কোকনবা মচাবু হেক হেক হোংনবগুম ঈশ্বরনসু ঐখোয়না তৌহে তৌহেদবা থবক কয়া তৌরুবদু কোকপিনবগীদমক্তা কয়া হোংনবিরিবনি। মরম অসিদা ইবুংঙো মঙোন্দা খুরুমজবদা পুক্লীং শেংনা ব্রাখল চোইদনা অচুম্বা লম্বীদা চিংবিয়ু, অশেংবা জ্ঞান পীনবিয়ু পোকপগী মহে য়াওহনবীয়ু" হায়না হন্না হন্না হায়জগদবনি। মঙোন্দা হায়জবা অরেম্বদা খ্বক মাঙদে। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পগী মাঙগদবা, তাইবংপানগী ব্রাগদবা থবক্তি থুংবিরক্তবা য়াই। থম্মোয় শোক্লা হায়জবদা ঈশ্বরনা য়াবিখি হায়বসি নখোয়না ভারতকী ইতিহাস তম্বদা থেংনরম্বসু য়াই। মদুদি হুমায়ুন্না কন্না নারক্লবদা হাকিমী মাইবশিংনা কনবা য়াররোই হায়না লেপ্লক্লবা মতমদা মপা বাবরনা ঈশ্বরদা মচাগী মহুৎ মহাক শিঞ্জগে মচাবু হিংহনবিয়ু হায়না খুরুমজবদা মচানা ফরক্লগা বাবরনা মথব্রায় থাখি। ঐখোয় খুদীংমক্কী থম্মোয়দা মহাক লেঙদনা লৈ মরম অদুনা ঐখোয়না নীংশিংলগা অমসুং নৈনরগা অশেংবা জ্ঞান থোরকপা ঙমলিবনি। মহাক্কী মশেক্লা পুক্লীংদা য়ৈবিরকপা মতমদা অচুম্বা মশক খঙজবা ঙমজরিবনি। মহাত্মা গান্ধীজীনা সত্যবু ঈশ্বরনি হায়না লৌরম্মী। ঈশ্বর লৈতে হায়রিবা নাস্তিকশিং অদুসু অচুম্ববুদি থাজে। সত্য লৈবা মফমদা চিং (অশেংবা জ্ঞান) লৈ। অশেংবা জ্ঞান লৈবা মফমদা অশেংবা নুংঙাইবসু লৈ। মরম অদুনা ঈশ্বরগী মমিং সচ্চিদানন্দ কৌরমলিবনি। ঐখোয় পুম্নমক নুংঙাইবা থিরিবনি। অশেংবা নুংঙাইবা মশক খঙদবদগী শেরান্ননা চত্তুনা লম্মুক্লরিবনি। অশেংবা নুংঙাইবগী মহাও খজিক্তংদবু ফংগ্রবদি মীনম্বগী নুংঙাইবা কয়া ইরায় লায়না থাদোকপা ঙমগদবনি। মহাক্কী অশেংবা নুংঙাইবদু থিনবগীদমক্তা ঐখোয়না জ্ঞান তাল্লিবনি। ঐখোয়গী থম্মোয়দা মহাক্কী কৃপানা চিংনফম লৈত্রবা অশেংবা ব্রাখল ফাওরকপা মতমদা

ঐখোয়না মদু থবক্তা হেক হেক পাঙথোকপা ঙমলবনি পুন্সিদা মহৈ য়ানগদৌরিবনি। মায়াসু মঙোন্দগী থোক্লিবনি। নুপা ইন্না ঙা ফাবা ভুম অমনা ঈশিংদা লেপ্লগা ইন হুন্দুনা ঙা ফাবগুম তাইবং ঈপাক্তা হিংদুনা লৈরিবা মীওইবশিংবু মহাক্কী ওইদবা মায়াগী ইন্না কুপ্তুনা ফারিবনি। অদুগা ঙা ফারিবা নুপাদুগী মখোঙদা চাব ঙাদি ইন্দা লকপা য়াদবগুম, ঈশ্বরগী মখোঙ থম্বলদা চঙজহৌবা মীদি মহাক্কী মায়ানা কুপ্তে। মহৌশানা মহাক্কী য়াথং কয়া থম্মোয় অসিদা ঙান্দুনা লৈরিবনি। মৈবু মৈখুনা কুপ্তুনা থম্বগুম নুমিৎপু লৈচিন্না খনদুনা থম্বগুম ঐখোয়গী থম্মোয়দা মহাক্কী মশেক্লা অশেংবা জ্ঞান ওইনা ঙান্দুনা লৈরিবনি শেংদবা অমোৎপা ব্রাখলনা খুমজিন্দুনা লৈবা মরম্মনি। ইশাগী ওইজবত থিবা, হকচাংগী নুংঙাইবত খনবা তোল্লবা ঐখোয়গী পুকচেল অসিনা মহাকপু খঞ্জিন্দুনা লৈরিবনি। মহাক্কী মহুৎ শিন্দুনা মীওইবনা পুম্নমকপু অমসুং থৱায়পানবা খুদীংমকপু নুংশিরকপা ঙস্বা অমসুং থৌজানবিরকপা ঙস্বা নুমিত্তা মহাক্কী মঙাল অদু থম্মোয় লক্কাদা অমকপা লৈত্রবা শংবান্নবা অতিয়াদা পুর্ণিমাগী থানিন থোরকপগুম থোরক্লুনা শান্তি ফংগদবনি। মরম অসিনা ঐখোয় পুম্নমক পুকচেল অমত্তা ওইনা, খোঞ্জেল অমতা ওইনা, পুক্লীং শোক্লা মহাক্কী মফমদা হায়জসি "হেঃ তাইবংপান পুম্নমক্কী মপু মপু ইবুংঙো! তোল্লবা নচা ঐখোয়বু অচুম্বা লম্বীদা চিংবিয়ু। অশেংবা জ্ঞান পীনবিয়ু। জগৎ পুম্নমক শান্তি ওইহনবিয়ু।"

লোইরবা

ওঁ

# ˇতেলেম যোগেন্দ্রজিৎ সিংহগী
# অশম্বা পুন্সি-ৱারী।।

ˇতেলেম যোগেন্দ্রজিৎ সিংহ খৃষ্টাব্দ ১৯১৫ জুনগী তাং ১৬, য়ুমশকৈশা নুমিৎকী নুমিদাং পুং ১০-৩০ তাবদা পোকখি। অপোকপা পম্বৌগী মমিংনা ˇতেলেম চাওভল সিংহ কৌই। মোইবুং অনি পুন্না খোংবা খোম্থাংশুনা খোংবা ঙম্বগীদমক "মোইবুং অনি খোংবা" হায়না মণিপুরদা খঙনখি। অপোকপী পলেমনা শ্রীমতী তোম্বীমচা দেবীনি। পলেমগী ইশ্বরভক্তি শিংথানিংঙাইহনি। নোংজু নুংশা খাক্তনা কৈশামথোং হোদাম লৈরক্তা লৈবী পলেমনা ঙসি ফাওবা শ্রীগোবিন্দগী সেবা, দর্শন কায়জদ্রীবী বৈষ্ণবীনি। অসিগুম্বা বৈষ্ণব অমদি বৈষ্ণবী অনিগী ইতোন তোনবা মচা নিপানা তাং ১৪। ১২। ৬৫ ইং লৈপাকপোকপগী অয়ুক পুং ১০-৩০ তাবদা মরূপ-মপাং, সপরিবার থাদোক্তুনা খঙহৌদনা পরলোক গতি ফংশ্রে।

২। সাধারণ ওইবা পরিবার অমদা পোকপনা অচম্বা লাইরিক তম্ফমশং অমদা মহৈ তম্বা হৌখি। সমাজগী বিশেষ ওইনা অৱাৎপা থৌরম কয়া থবক পায়খৎনবগী মমি তাখি। মহৈ তম্লিবৈঁদা ময়াই ওইবা ছাত্র ওইরম্মী। অঙাং ওইরিবৈঁদা লবুক লমহাং, উমং ৱামংদা মমান্নবগা চেন চোংদুনা শান্নবা থোইনা পামজরম্মী। অসুম্ন খৃষ্টাব্দ ১৯৩৮ দা মেট্রিক পরীক্ষা পাস ওইখি। অৱাংবা শিক্ষা ফংনবগী খুদোংচাবা লৈখিদ্রে।

মেট্রিক পাস ওইরগা মশাবু মতিক চাহঞ্জনবা মাদ্রাজগী গনেশাগরমদা চহি অমগা থা মাপনলোম প্রাকৃতিক চিকিৎস্যা তম্নগা প্রাকৃতিক চিকিৎস্রাগী উপাধি ফংখি। রামলালপাল হায়স্কুলদা মতম খরা ওঝা ওইখি। সরকারগী থবক অমদি রিপোর্টর মতম খরা ওইখি। মণিপুরদা অশেংবা চিঞ্জাক ফংহন্নবা থবক কয়া পায়খৎখি।

ঋষিকেশগী শ্রী ১০৮ যুক্ত স্বামী শিবানন্দ সরস্বতীদা দীক্ষা লৌরবা তুংদা আয়ুর্বেবদ শাস্ত্রদা অকনবা শ্রদ্ধা পোকখি। প্রকৃতিক চিকিৎস্যা অমদি অয়ুর্বেবদ অনিগী সমন্বয় তৌনবা লাক্লখি পশ্চিম বঙ্গগী জেনেরেল কাউন্সিল এণ্ড ষ্টেট ফেকলটী অব আয়ুর্বেবদিক মেডিসিন্না আয়ুর্বেবদ শাস্ত্রী উপাধি পীখি। ধর্ম্মদা মপুক্লিং ওনবগা লোয়ননা ভারতকী (সংস্কৃতিগী) দর্শণশিংবু মরন্নাই ওইবা চর্চ্চা তৌবা হৌখি। ভারতগী ষড় দর্শণ নৈনরগা বেদান্তগী অদ্বৈত সিদ্ধান্তদা চেৎনা থাজখি। মণিপুরগী অরিবা সংস্কৃতিবু ভারতীয় সংস্কৃতিগী মিৎয়েংদা উখি অমসুং গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মবুসু অচেৎপা যুম্ফমদা থম্লবা (লাক্লখি) হোৎনখি। বদ্রীনাথ, জগনাথপুরী, রামেশ্বরমনচিংবা ভারতকী মরুওইবা তীর্ধস্থান কয়া দর্শন তৌদুনা ভারতকী মূণি ঋষি কয়াগী সেবা তৌদুনা চরণ ধুলি ফংজখি। পুন্সিগী অরোইবা শরুক্তা মণিপুরগী লাইফমশিংদা রিসার্চ তৌখি। গুপ্তকামাখ্যা হায়বদু মণিপুরনি হায়না প্রমাণ তৌনবা লাক্লখি।

৩। ঋষিকেশকী শ্রী ১০৮ স্বামী শিবানন্দ সরস্বতী মহারাজগী অহানবা মণিপুরী শিষ্যনি। গুরু সেবা ওইনা মণিপুর সমাজদা অমুক মহুৎ শিনবদা ব্বারগদবা থবক কয়া লাইরিক ওইনা ইদুনা থম্বীরম্মী — ১। চিঞ্জাক ১বা অমদি অনিশুবা, ২। ব্রহ্মচর্য্য, ৩। য়াইফ যুম্বাললোল, ৪। যোগাসন, ৫। অঙাং য়োকপা, ৬। য়ুমগী লাইয়েং, ৭। পুন্সিরোল, ৮। শিদহিদাক, ৯। গীতাগী ব্বাখল, ১০। তত্ত্ববোধ (অনুবাদ), ১১। নিংশিংনবা পাঙ্গল,

১২। প্রার্থনা মঞ্জরী, ১৩। হরিনাম মহামন্ত্র, ১৪। থা থা খুদিংগী ফোঙবা 'আরোগ্য' ছাপা তৌদ্রিবা লাইরিকশিং ঃ—১। নুপীগী লাইয়েং, ২। য়ু থকপা থিংবিয়ু, ৩। হকলোন, ৪। গৌড়ীয় বৈষ্ণব দর্শণ।

৪। গুরুগী আদর্শ লৌদুনা গার্হস্থাশ্রমদা লৈবা মীওইশিংবু মতিকচানা লাইয়েংদুনা লেনখি। মীওইবগী পুন্সিদা চৎকদবদি "শরীরমাদ্যম্ খলু ধর্ম্ম সাধনম্" লাইনা চেন্দনা হকচাংবু ফহন্দুনা ধর্ম্মগী সাধনা তৌরগা ধাথিক জীবণ ওইহনবনা মহাক্কী ফীদম্নি।

৫। মণিপুরগী সর্বব সধারণগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনদুনা মরুওইবা থবক কয়া তৌরম্মী। শিংথানিংঙাই ওইবা সংস্থানশিংদি ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, ইম্ফাল শাখা, মণিপুর গীতা মণ্ডল, মণিপুর আয়ুর্বেবদিক সম্মেলন, মণিপুর সদাচার সমিতি অসিনচিংবনি। শ্রী ১০৮ সুশ্রী কুমারী সন্তোষপুরী গীতা ভারতীজীনা মণিপুরদা খোংদারকপদা উন্নখি। মসিনা পুন্সিগী গীতা প্রচারগী মরুওইবা সাধনানি। শ্রীমদ্ভাগবত গীতা শাস্ত্রগী অচেৎপা থাজবা লৈবনা সাধু সন্ত, মুণি ঋষি কয়াদগী ফংলকপা জ্ঞান শন্দোক্লুনা গীতা মণ্ডলগী সেক্রেটরী অমা ওইনা অরোইবা মিকুপ অমসুং অরোইবা মহাশ্বাস ফাওবা "গীতা .........." "গীতা .........." "ওঁ.........." "ওঁ.........." "ওঁ.........." শোল্লগা পরম গতিদা চংশিনখি।

ইম্ফাল
তাং ১৭।১২।৬৫ ইং

প্রচার বিভাগ
মণিপুর গীতা মণ্ডল।

